# নুমিৎ কাপ্পা



অরেংবা
ওইনাম ভোগেশ্বর

অকোংবা
ইউনিভর্সেল লিটরেরি
এসোসিয়েসন।

# নুমিৎ কাপ্পা

অকোওবা, পুথোকপা
ইউনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েসন, মনিপুর
ইম্ফাল।

অরেংব'
খুইনাম জোগেশ্বর
পণ্ডিত রাইমা, পণ্ডিত লোইশং
মনিপুর পেলেস।

মমল লুপা ৪·ওনি

অকোঙবা
ইউনিভর্সেল লিটৰেচৰ এসোসিয়েসন, মনিপুৰ
H/O থুৱাই লমলোং কৈথেল
[illegible]ফান।




কপি মশিং— ১,২০০
মার্চ ১৯৭৭
কংকম— ইন্কালগী লাইৱিক য়োনবা ছুকানশিংদা।

---

কে, ধীৰেন, জেনেৰেল সেক্রেটৰিনা ইউনিভর্সেল লিটৰেচৰ এসো-
সিয়েসন, মনিপুৰগী মহুৎ শিন্দুনা থোংনাংথাবা প্রেস, থুৱাই লমলোং
কৈথেলদা নম্বগা পুথোকপা।

# বাহোদোক

মীতৈগী থাইনচৈগী পুয়া 'নুমিৎ-কাপ্পা' খৃঃগী মতুং ১১/১২ শুবা শতাব্দী মৈদিঙ্গু লোইয়ুম্বগী মদাইরেম নি থৌজাম্বনা মীতৈ ময়েক্ক অরিবা লোন্দা ইরম্বদগী পণ্ডিত ডঃ ভোগেশ্বরনা অরিবা লোন্দগী অনৌবা লোলদা মরু ওইবা বাংলনথোক পিদুনা বঙ্গলী ময়েক্তা ইথোকই।

অরেংবনা শৈরেং মারেং তোংনা-তিংনা ইবা 'নুমিৎ-কাপ্পা' হায়বা পুয়াসি মীখাম্মা পাবদা নুঙাইনবগীদমক্ত তাঙ্কক মঙা থাক্ত থায়দোকলি।

১— মাপেম লৈমনা মচা মঙা পোকই মখোয়শিংদুদিঃ নুমিৎকী ময়াম্বা অচৌবা অদুদি হৈজিং যাদবা ফৌহাওঙুম লৈবাক্তা পুমদুনা মাঙখি। লৈশৌ তিন ওইখি। (২) য়োইময়াই তাউদনবা অমদি য়েরুম অহাম্বশুম মাঙখি। (৩) কায়তেংবা কৌবদি ঙাফাফমগী সোর লৌদা নমশিন্দুনা হাৎখি। (৪) তাউচ্ছইরেং অংনবা কৌবা অমনা মতম অদুগী নুমিদাং খুদিংগী লৈবক্কী থৌপুরেল পুবা অমা ওইখি অমসুং (৫) নুমিৎ সনা অতোমবা, মতম অদুগী অয়ুক নুংথিলগী লৈঙাক মপুনি।

মঙাগী মনুংদগী হিংহৌরিবা তাউচ্ছইরেং অমসুং নুমিৎ অতোম্ব মখোয় অনি অসিনা লৈবাক অসি অয়ুক নুমিদাং থায়না শিন্ন-শিন্ননা লৈবাক ঙাক্তুনা পাল্লম্মী। মখোয়না পানবা মতমসিদা 'খুাই নোংজেং পিবা' কৌবা লৈবাক নিংথৌগী মথৌ পুবা মীনাই অমখক লৈরম্মী হায়বগী তাঙ্কক অসিফাওবনা অহানবা তাঙ্ককনি।

২— খুাই নোংজেং পিবানা লৈবাক নিংথৌগী মথৌ হেন্না পুবদগী মাগী নুংশিজরবী মতালোই হাওনু চাথানু অমদি মাগী মচাশিংবু মতম চানা য়োকপা থাকপা, কোনবা ঙমদবগী, উনদবনা মরম ওইদুনা খুাই নোংজেং পিবানা নুমিৎ অমসুং তাউচ্ছইরেংবা অনিগী মরক্তগী অমত্তং

লৈহৎলগনা ( হাংতোক্লগনা ) মাগী মীনাইগী থৌ অসি থরমথৈ কোমগনি হায়বগী বাখল অমা পোকপা ফাওবনা ২শুবা তাঙ্কক্নি।

৩— খ্বাই নোংজেং পিবানা লৈবাক্কী মশক নাইবা নিংথৌ অমা হাংকে নিঙলবনিন খুৎথা অমুক্তদা চপ চানা মানা পান্নীব মকমদা পানব য়ানবা বাইবা তেন শাদ্রুন মথুৎ চুম্ব তম্বগী মতাংদ থোংথোং ক'ব্রল নিংথৌগী চাংদা হৌবা ব'ঙু মাগী মতালোই চাথানু থাদুনা বা নিগল্লুই, ফংলক্লবা ভুংদ লীরুং তেন শাদুনা তেজ্রিন্দ; হু তৈরগা হাং-নবা থৌরাং তৌথি। নোংমগী নুমিত্তা নুমিৎকী মন্নাম্বা তাউহুই.রংবনু তেন্না কাগুনা হাংখি, তাউহুইরেংব মরিং খুনবিরোক্ত লৈখিদ্রে। হায়রিবা থৌদৌ অসিদগী কিদুনা নুমিৎন মোইরাংদা লাজ্ঞেনথরে। মতম অসিদা নুমিৎ থোকখিদদুনা ( নিংথৌ পান্দবদগী ) লৈবাক মীয়াম পুম্নমক অরাবা তানরে। অরাবা অসিদগী কনবা ওয়বা মতম অদুগী পোংবা তয়া ( অওম্বা তয়ামুক ) চত্তুনা নিংথৌদা হায়জক্লবদা নিংথৌনা অমুক হল্লক্তুন করম পান্নসিগে হায়না য়ারক্তবগী মতাং ফাওবনা ৩শুবা তাঙ্ককনি।

৪— মোইরাংদগী নুমিৎপু ময়ুম মাইকৈ কংলায়োমদা লাক্লবা শাগৈ পুম্নমক্কী মহুৎ-শিন্দুনা লুচিংবী মাইবী থারুবদা য়াক্তদুনা নিংথৌনা পোকচবী মচানুপী পানথোইবীনা মপাবুং নিংথৌবু কৌরুনবা মেন্না থোংবওয়া থোংবা মানবা যাকাইরোল শরুবা খুৎলাই পুদুনা মোইরাং লমদা লাকপগী মতাংনি। লোয়ননা নুমিৎনা চীংথৈ চীংমাইদগী লোই-রোইনা থোরকপগী মতাং ফাওবনা ৪ শুবা তাঙ্ককনি।

৫— নুমিৎনা চীংথৈ মাইকৈদগী কুচু শেংদনা থোরকপা উবদা লৈপাক মীয়াম্না নিংথৌগী পুক্নি; নুংঙাইত্রে থন্দুনা লৈপাক মীয়ামগা নিংথৌগা য়ানবা চুপ অমা শানখি— চুপ শাবগা লোয়ননা নিংথৌবু অমুক হন্না ফম্বালদা থাজুৎপগী, ফম্বাল তোংবদা চঙত্রবা য়াত্রবা মচাকশিং

পুম্নাদদি চকপা লমদাং অন্নাইপী হায়না পন্নি। পোংবা তরামকী মফিং —নোংপোক চিংথাই, বাংপুরেল; থানা চাউবা, থাংজিং, শামপুরেল, লোয়াবাকপা, কৌব্রু, কৌবরেল, মার্জিং হায়না মফিং খোন্নি—অদুবু লাইরিক মশাদক অসিদদি যাওয়ে।

অমুয়া-১ গা ১ গা বারী মপুংদি মায়রগা চপ চাবা মশক অমা ইথত থত্তদবগুম তৌরবা অসি লাইরিক অসি খোরকপদগী শোয়দনা তশেংবা বারী, মহুগী মহুং হুজিনবা বাখলনচিংবা পুরমক খোরকনি।

মুমিৎপু চুমগী থবাই পানবা, পুমমক্তা মতাম পিহুনা হিংহল্লিবা মীওইবা খুদিংমকী চত্তকম ওইরিবা, অমম্বা কোকহন্দুনা অমম-অতাম থারক্লিবা অমগুমা; অমুকম মুমিৎপু—লৈতাক মপু অমা ওইনা মুমিৎ-কুমা অচান মীয়াই নাইত্রবা, মতম চুপ্পা মতিক-মথাই লৈবা, অমম্বা বাখলদগী অতানবা বাখলদা লমজিংবিবা অমগুমনু। অমুয়া ১বা চুমগী পোং অমা ওইনা, অমনা মাগী মথৌ মতমদা মপাল তাংজবা অমগুম (নিংথৌ অমা ওইবগী চপ-চানা বায়েল-কাটা চুমা লৈতাকপা) অনি-মক্তা মতম অহুগী অইবনা (অশৈবনা) পিনিংই।

মীনাইশিংদা মতম অহুগী নিংথৌশিংনা হেমা খুদোংচাবা লৌ-চুমা ওং-নৈবগী মতাংদা পেন্নক্তহনা মীনাই কাওবুনা লৈতাক মপুগী মথক্তা লানহৌবা কয়া অম্নি মতম অহুগী খুনায়দম, হুজিকীদম অচৌ পিশক নাইবগী মতং অদি অহুমক উরি, চৎনরকপগী মওংনি।

লাইরিক অসিদা য়ানবগী চুপশায়োল অসি থত্তবা তারবদি নত্রগা করিগুম্বা ইরবা তারবদি লৈতাক মপু ওইরিবা নিংথৌ অহুনা মতম অহুগী খৌ পুবা মীনাইশিংবু করি হিরমদা পেনহল্লমত্রিবনো (য়ানরক-ত্রিবনো) হায়বা বায়ম অহু ইয়াই ল্লাইনা থংবা ওয়মগনি। লোয়ননা মতম অহুগী খুনায়গী লৈবাক মীয়ামগী ইচম-চম্বা মীওইনা পায়খদো করিনো হায়বা থত্তবা তক্সমগনি। অদুবু লাইরিক অসিদদি য়ায়া কুপ্পা পল্লমত্রে।

অচুগা লোয়ননা মতম অচুগী লৈঙাক পথাপকী, খুনাযগী, চৎনবী মওং কয়া লাইরিক অসিদা মথি তাই।

মরিশুবা তাক্কা পিরিবা নিংথৌবু কৌরনবদা য়াকাইরোল শক্নবা খুৎলাই ( Musical Instrument ) অসি কয়বা মথলগী থোংনবা পোৎলমনো হায়বচু পল্লমদে। অচুবু মুমিৎনা মোইরাং লমদগী কংলা-য়োমদা কারকপা মতমদা পেনাগী মথোক অচুনা তোংলিবা পোওগী লক্লু মথক্তা শেম-শাচুনা লাকপনা শামুরৌ য়ৌই হায়চুনা—পেনা শেম্নিদৈদা শামুরৌ য়ৌবা হায়বা প্রমান অসি থোকথিবনি হায়রৈ। লাইরিক অসিদা খাই নোংজেং পিবানা তাউরুইরেং অহনববু হাৎনবগী মতাংদা অকন-অথৌগী, মতিক-মযাই লৈবগী মওং কয়া অমসুং মুমিৎনা লৈঙাক্নবা মতুংদা মচা-মনাইশিংনা হন্নাওজবা, ১দি লৈঙাক মপু ওইরিবনসু মচা মনাইশুম ল ুনা-চান্না, মীয়োক-মীচান ফজনা হোৎনবা কয়া অসি থেংনৈ।

লাইরিক অসিগী ছন্দ, অলংকারনচিংবগী মরমদা অরেংবনা লাইরিক অসিগী বাহৈ থরদং হায়বা 'Preface' অচুদা য়ায়া কুপ্না পল্লে। শঙ-লেন অসিনা মীতৈ পুয়াশিংগী মনুংদা মথক নাইবা পুয়া অমা ওইনা খঙনরবা লাইরিক 'মুমিৎ-কাপ্পা' হায়বা পুয়া অসি মীয়াম্না থম্ন-নৈননবা, লানথোক্নবা হোৎনবদা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা ল ুপা ১০০ খজুং মতেং ওইনবা পিবিরকপগীদমকতা অমসুং লাইরিক অসিগী লোলগী অরুবা মতাং খুদিংদা (থর নওনা) বাহনথোক পিচুনা অরিবা মীতৈলোন্দগী ম য়া থংনযবা অনৌবা মওংদা পুথোরক্নবা হোৎনবীবগীদমক শঙলেন অসিগী মহুৎ শিন্দুনা পণ্ডিত ওঃ তোগেশ্বরবুসু থাগৎচরি।

কে, ধীরেন
সেক্রেটরি, ইউঃ এলঃ এঃ

# ৱাহৈ খৱদং

"মুমিৎ কাপ্পা" মৈতৈ পুয়াশিংগী মমুংদা থোইদোক-হেনদোক্লা লৈবাক মীয়াম্না মমিং তানৱবা অমসুং মমিং চৎপা লাইৱিক্নি। অসিগুম্বা পাম্থোইবী খোঙ্গুল, মুংবাল পোম্বী লুৱাওবা, কোম্থোজম লাইৱেম্বী নোঙ্গায়োল, লয়থক-লমখায়োল, নাউথিংখোং ফম্বালকাবা অমসুং নিংথৌৱোল লম্বুবনচিংব মখল মথেল কয়াগী অরিবা লাইৱিকশিং অসি এলহৌভৈগী সাহিত্য জগত্তা প্রোজ-পোইত্রি ইয়েৎ-য়েৎশিন্নৈ। করিগুম্বদা ইতিহাসকী শরুক ওইগদবা হীরম কয়াদসু থোইদোকপা অমা ওইনা সাহিত্যগী খোঙথাংদা অমদি করিগুম্বা ৱাফম অমবু নত্রগা পোৎশক অমবু শৈথাবদা ডিসক্রিপসনগী নিঙথিরবা ফিজেৎ লৈতেং শেৎচিল্লগা ওইবা শক্তমগী খুৎইদা ছন্দনা মাঙওইনৈ। ইথোক্লবা ৱারমশিং মজাতিগী ওইবা স্বরগী তাম্থাদা খোঙনেৎনদুনা মরক মরক্তা থেৎলকপা উপমাগী ৱাহৈ-ৱাতানা অতাবশিংগী মথম্মোয়পুম্বা মধুর রসগী থোঙদা হেক-হেক থাংজল্লী-ঈনশীল্লি। মসিমক ভারতকী অমরভাষা সংস্কৃত লোনগা শকয়াম্নবা শাজৎনি। খা ভারতলো·গী তামিল লোনসু অদুমঙাই। স্বর তানগা ঈয়োইনবা শক্তমনি।

মতৌ অসুম ইনরকপা অরিবা লাইৱিকশিংগী মরকতা লাইৱিক অসিবু "মুমিৎকাপ্পা". হায়না থিংথোল্লম্বা অসিমক থায়নগী

অশৈংনা অদুনা চপ-চারবা রাখলগী মনুং হুজিল্লবা পোম্নিৎ য়েংলগা থোল্লস্বা মিংথোম্মি।

খুঃ না পোক্তিদৈঙে চহী কয়াগী মমাঙদা লৈবাক অসিদা পাল্লস্বা নিংথৌগা প্রজাশিংগা অনিগী মরক্তা লৈনরস্বা মরী চৎনরস্বা শাজৎ-লমচৎকী মওং তাকপগা লোয়ননা মতম অদুগী প্রজাশিংগী মরক্তা সমাজবু মুংশিবা, মজাতিগী মীরূপ কয়াদুগী মাঙজিন থাখিবা লময়ানবা অমদি মশাগী ইজ্জৎ-সন্মান ঙাক্লিংবা মীওই লৈরমদবা হায়বদি ঙল্লিদৈঙে মতমদা পোক্লমদবা নত্তে হায়বসি ময়েক শেংনা মমি তাই।

মতম অদুগী লৈবাক মীয়াম্না নিংথৌগী মফমদা থমজবা প্রভূত্ব অদুনা জাতি অসিগী মীওইশিংগী শক্তম ময়েক লানা মিত্তা শং-শং উহল্লি। অসিগুম্বা মতৌনা লৈবাক্তা নিংথৌগা অনিনা পুন্দুনা লৈবাক্কী অমদি নিংথৌগী মুংঙাই য়াইফনা, পুক্লিং ঈংনা, মরা তপ্না পানবা লৈবাক ওইদুনা লেপ্লস্ব পুন্সি মরেলগী রাফমদা হায়নরকখি— "লৈবাক্লা নাম্মা, নিংথৌনা নাম্ম"। অস্ুম্না লৈবাক নিংথৌ পানবগী রাফমদা লৈনরস্বা মতমদুগী সামজগী চৎনবীনা নিংথৌবু করি ওইনা খন্নরস্বগে য়েংসি—

তেংবানবা অসিদা লৈরিবা অচৎ- চত্ত থরায় পানবা পুন্নমক মৈ, ঈশিং, মুংশিৎ, লৈবাক অমস্তুং অতিয়া হায়বা তেংবানবগী মতিক ওইবা পোৎচঙ মঙা অসিনা পুল্লগা জীব-জগৎ অসি শেম্লকপনি হায়বা খঙলকপা মতমদগী পুন্নমক অসিগী তোঙান তোঙানবা মতিক মগুনশিংবু লাইগী শক্তিনি, লাইমক্লি

নিঙনরকখি। অসিগুম্বা মতিক লৈবা পোৎচঙ মঙা অসিগী মমুংদা অমত্তংদ হেক ৱাৎপদা তেংবানবা অসি ওইবা য়াদরে, জীবস্থ ওইদ্রে। অদুমওইনমক পোৎচঙ মঙা অসিগী মমুংদা ফিৎনা উবা ফংলিবা মুমিৎ, ঈশিং অমসুং লৈবাক অহুম অসিবুনা অমুক্কা হেন্না লুনা-কিনা চৎনরম্মী। কনা-কনাগুম্বা মীওই অনি মত্ত মান্নবক্তদুনা নিংঙাই শাংদানরবদা মমৈদা থৱায়বু পোন্থা ওইনবা নত্রগা শরী শোন্নবনা (ৱাশক্লবনা) ৱারোই ওইরম্মী। মমৈদা অহুম অসিগী মরক্তা অমবু মাঙদা সাক্ষী থম্নরকপগী ৱাফম ঐখোয়না ৱারী লাইরিক কয়াদা অমদি ইপা-ইপুশিংগী চীগ্গাং-য়ৈনরকপা কয়াদগী তাবা ফংলক্লি। অসিগুম্বা পোৎশক অহুম অসিগী মথক্তা অমুক্তস্থ থোক্তদোক হেন্দোক্না মুমিৎ কৌববুনা হেন্না মরু ওই খন্নরকপদগী মুমিৎপু লাইমক্লি খঞ্জরকখি। মরম অদুনা মুমিৎপু মখল মখা কয়াগী মিংথোলগা লোয়ননা শৈথানরকখি। মদুদিঃ— য়োইময়াই, লাইরেন ভাউদনবা, মুমিৎ সনা খোম্মদোন, কোরৌহনবা, চিরংলেন খোমথবা, খিং-খিং শিঙশূবা, খিং-খিং শিঙশৎপা, খিং-খিং শিঙখোম্বা, খিং-খিং শিঙথাবা, খিং-খিং তুথবা, লোয়শঙ ৭ মাকী ফালুদা ফম্বা, থৱানমিচাক ২৭ মাকী মতোন্দা তোংবা, নাহাবা, খোঙকাপ খুদিং নোংথাঙ কুপ্পা, চুমি-থাং খানবা অসিনচিংবা মিংখৈ কয়ানা শৈথারকই। অসুন্না মতিক ময়াই লৈরবা কোরৌহনবা মহাকী মতিক্তগী কাপথো-রক্লিবা মঙান্না তাইবংপানবদা লৈরিবা ঐখোয় পুম্নমকপু অমম্বগী অৱাবা কোঙ্গায় অসি কোকহনবি, লোয়ননা ফুম্বংনরবা পুক্লিংগী

অমম্বুবুস্থ কোকহনবি। মরম অদুনা ঐখোয়না মুমিৎকী মহিক মগুন অদু মুম্না খঙলক্লবদা মহাক্কী অচান মীরায় নাইদবা মখোৌ-জালগা লোয়নন। তেংবানবগী অহাঙবা অতিয়া অসিদা তাউদুনা ছন্দ্ৰনা লৈবি হায়বগী “ তাউদনবা ” হায়না শৈথানৈ। অদুগা মিৎনা উরিবা লাইগী মশক ওইরবা লৈবাক, ঈশিং অমস্থং মিৎনা উদ্রবস্থ লৈ হায়বদি খঙনজবা মহাক অদু য়াওদনা অমুক্কস্থ থরায় হিংবা ঙংদে খঙনজরবা মুংশিৎনচিংবা পুম্নমক্কগী ( লাই পুম্নমক্কগী ) “ লেন ” ওইরবা “ লাইরেন ” হায়নস্থ মিং-থোক্লি। অসূম্না মুমিৎনা তেংবানবদা অচৌ-পিশক খায়দনা অচান মীরায় নাইদনা মাগী মঙান্না কাচিন-কোয়া থুংনা য়েল্লিবা সৌর জগত অসিগী মকোক ওইবা খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইবা মিৎনা উবা ফংবা লাইদি মুমিৎনি অসূম লৌনরকই।

মতৌ অসূম নিংথৌনা লৈবাক্কী প্রজাগী মকোক ওইরগা মহাক্না প্রজাগী অয-ফত্তু পুম্নমক মিৎয়েং চঙশিল্লগা প্রজাশিংনা খুয়া তূশিৎনা ঈংনা মুংঙাইনা পাঞ্জরকই। অসিগুম্বা মিৎয়েং অসিদা নিংথৌগী মতেং পাংনবগীদমক মহাক্কী মখাদা নিংথৌ-পোংবা তরা হাপ্নুনা মখোয়গী পাউতাক্কা লোয়নন। লৈবাক্কী থবক তৌই। মরম অদুনা তেংবানবদা লৈরিবা গ্রহশিংগী মথক্তা মুমিৎনা লৈবক্তম-নিংথৌস্থ পোংবা তরা অসিগী মথক্তা মকোক থোংবা নিংথৌ ওইদুনা লৈবা মরম্না মুমিৎকী মিংথোল “ লাই-রেন তাউদনবা ” হায়বা মিংনা লৈশী-লৈথোন্দনা নিংথৌবু মুমিৎকা অংদি গ্রহশিংবুনা পোংবা তরাগা উপমা তৌরম্বসিমক

খোইদোক্পা রাখলগী পোমিৎনা কদায় য়ৌনা উশিল্লম্বা রাকয়ো য়েংসি :—

"য়োইময়াই লাইরেন্ তাউত্তন্পা ॥
তাউরোনাই অঙান্পা ॥
মালেম লাংচখৈ অখৈপা ॥
মুমিৎ সনা খোম্মাতোন্ অতোন্পা ॥
থপী সেন্কোয়রেন্ অপান্পা ॥
রাংলেন্ চারং খোয়পুংলেন্ নোংসাপা ॥"

রাকম অসিমক মতম অচুগী অশৈক্পা মিত্রাক্ষরগী ছন্দদা নিংথৌ অচুদা পীরিবা মিংথোল্লি। লোয়নন্না নিংথৌগী ময়াম্বুং ইবুংঙোবু নিংথৌগী ফম্মদগীদি হুছবা থবক তৌবনা করম্বা মিংথোন্দা করম হায়না শৈথাবগে অমুক্তা য়েংসি :—

"ময়াপী তাউছইরেং অহন্পাপু ॥
লাংলেন কোঙ্য়াঙ্ রাপীহল্ ॥
চীংপল খোমরোল অঙন্পা ঙন্না সাংফপা ॥
মোংপা খুন্লম্-ঙান্ ॥
সোয়্খোঙ্ পরয়্ রূনাপা—॥"

অমুম্বা লৈবাক অসিদা, এলহৌঙৈদা পাল্লম্বা থায়নগী মীওই-শিংনা নিংথৌগী ময়াম্বুং ওইবা অম্মদা খোল্লিবা মিংথোল অসিনা অমিত্রাক্ষরগী খোঙথাংগা কোন্না মাপী মাপী মথৌ মওমগী মতিক য়েংলগা খোল্লিবা মিংথোল্লি হায়বা ময়েক শেংহল্লি। মরম অদুনা

লাইরিক অসিগী মমিং "মুমিৎ কাপ্পা" হায়বা বাহৈ অসি অতাবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা থক-হেক পালহল্লি মতুদি—আকাশতা থোক্লিবা মুমিৎপু কনাগুম্বা মতিক লৈবা অমনা তেন্না কাপ্পগী বাফম ওইনা ঙকহল্লি। অতুমওইনমক উপমা, রূপক অলঙ্কারগী মচাক্কা লোয়নবা নিঙথিরবা ফিজেৎনা লৈতেংলবা বারীদা মনুং থীৎপা বাখল্দা চঙশীল্লবদি তশেংনমক মুমিৎ অনি থোক্লস্বগী বাফম ওইনা ঙকহনবগা লোয়নবা কয়াস্ন থেংনৈ।

"য়োইমল্লাই তাউতনপা ॥
কোলোয় মিংলেন চ্নপা ॥
লাংচন নিঙথিপা ॥
তাউরোইনাই অঙানপানা ॥
নোংপোক সনা লয়কোয়লমকী ॥
মুমিৎ অনি চয়্রোয়নানা থোক্লক্লে ॥
থপী অনি লেংসিন্নানা পাল্লমএ ॥"

মথক্কী শৈরেং অসিনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ অনি ওইনা মতম অমত্তদা পাল্লস্বগী বাফম হায়বদি মুমিৎ অনি ওইনা থোক্লক-পগী শৈরেংদা মিত্রাক্ষর অমদি অমিত্রাক্ষর ছন্দগা কোম্নবা মুমিত্তা উপমা তৌবসিমক সাহিত্যগী লমদদি সত্যম, শিবম, সুন্দরম ওই-হল্লি। অদুগা অতায়শিংগী মথম্মোয়দা বাফম অমা ওইনা থল-হল্লগা বারম অমদা পান্দুনা শৈথার্বসিমক সাহিত্যগী লমদাংদদি ওম্মোক্লা বাংপ্রবা আদর্শগী মমি তৌবসি ময়েক শেংনা উৎলি।

রাফম অমদনা মতম অদুগী অশৈবনা নিংথৌবু মৈগা উপমা তৌদুনা মাগী কবিত্ব শক্তিগী নিঙথিবা থৃথানা ঐখোয়দা মৈদদা মথল মথেল কয়া লৈবগে হায়বদু থম্মোয়দা ফাওহল্লি। অদুগা মিত্রাক্ষর ছন্দদা রাহং পাউথুমগী থোঙদা অওক-অথোং তৌদুনা মাগী কবিত্ব শক্তিগী নিঙথিবদু উৎলি। নিংথৌনা ময়াম্বুং অহল, ভাউহুইরেং অহনববু খ্বাই নোংজেংবম পিবাগী তেন্না কাপ্তুনা হাৎপ্রবদা কিবদগী মোইরাং মায়কৈরোমদা চেনখিদুনা লোৎখরে। মতাং অসিদা লৌকুম লোতাবী নূপি মশেন্না নিংথৌবু উবদা পাউহংনবগী

রাফম :— "হে খোয়নৌ ম্রিতা ॥
হাইচেল লৌতা লৌত্তাপী-রো ॥
লম্‌লেন্ মঙান্-নাইপা ॥
অসিপু করি মৈনো ॥
তুপু লম্‌পু মৈরা ॥
তরেৎ লাইকম্ মৈরা ॥
পুচেং কোক্‌পা মৈরা ॥
লাংচেং খোন্‌পা মৈরা ॥
থংচি রূপী তোরো মৈরা ॥
হেমপা চীংসাং মৈরা ॥
লোইপী চীংল্লা হুন্‌না মৈরা ॥
শতু তেক্‌চাক্ মৈরা ॥
সিঙ্‌কন্ নোংফাই মৈরা ॥
লমলেন খোন্‌চাক মৈরা—॥"

অসূন্না ৱাহংগী অওক-অথোংদা পোইত্রিগী ভাম্বাগী শৈহেক্তা উৎলম্বা উপমা অসিনা হেন্না হেন্না সাহিত্যগী লমদাংদদি ওল্লিঙৈ মতমদা থোইদোক্লা যথার্থবাদীগা লোয়নবা আদর্শ অচু মপুংফানা উৎলি। মতৌ অসূন্না পুন্না অসিগী মশামক্তদা প্রোজ অমসুং পোইত্রিগী খোঙথাংদা থারিবা খুথাসু য়েংসি—

"থপী লৈমা চমু ॥
ছুইমু লৈমা সাফপী ॥
কোরৌ নোংপু খোনপী ॥
মালেম লয়পু লুমপী ॥
সনা লিনকোনকী—॥

য়োইময়াই মসাপী ॥ অমা হান্না সাৎপাতি ॥ থাওয়িকুম চিৎসাৎনা ॥ লোইমোমকুম হামকংনপানিকীনা ॥ মালেম লয়তা কুমখিরে ॥ লয়শৌ খোইমিৎ ৱোইখিরে ॥ য়োইময়াই তাউতনপা ময়াঙ সোয়রেন লাকপা ॥ খোইমোম মহুইরোইনাই ॥ থাওয়ি অহোঙপী ॥ লোইমোম অচাউপীকী ॥ হৈনা মতুং য়িন ॥ সনা মমৈ বায়না ॥ থাওয়ি মরীসন ॥ লোইমোম মাঙতাপীপু সানৱোনখিএ ॥"

মতৌ অসূন্না মমৈ তাবা ৱাহৈদা মিত্রাক্ষর ওইবা ছন্দগা কোন্ননা মরীক চুন্নবা ৱাহৈশিংনা মরক-মরক্তা নাচোমগী মতৌগুম অপাবশিংগী মথম্মোয়পুম্বা নাউশুমদা তাউহল্লি।

ৱাফম অমনা মতম অচুগী অশৈবগী খুথাদা লময়োবা ৱাথলগী খোম্বোক্লা পান্নবা সৌরজগৎকী ৱাফমদা উপমা তৌদুনা অসুকী মতিক বৈজ্ঞানীক ওইনা লিংথোগীমচা ইরেম্মা শুক্ষাসনা অমগী

মফমদা শৈথারম্বসিমক থোইদোক্লা ঙক্তনিংঙাই ওইদে। যথার্থ-বাদীনা মপুং ওইরগা অলঙ্কার, রুপক অমসুং উপমানা ফিজেৎন-রিবা অশৈবগী খুত্থাদা অতিশয়োক্তিগী খুদম উদে—।

হৌনবী নিয়মদা শাদোঙলগা বীররসনা মুক্ষম ওইদুনা ঐতিহাসিক সাহিত্যগী জগত্তা মুমিৎ কাপ্লা, মৈতৈ ফুরুপকী ওইনা মায়য়োক য়ারকই। মতম অদুগী ঐতিহাসিক জগত্তা মচিল মনাও অনিগী মরক্তা মনাও অতোনবনা নিংথৌ ওইরগা ময়াম্বনা লৈঙাক পুরেল ওইদুনা অয়ুক মুমিদাংগী মতম য়েংথোক্লরগা লৈঙাক-লম্বা মতমগী রাফম্নি। অয়ুক মুমিদাং মতম অনিমক্তা নিংথৌগী থৌ পুবদা রারবা থাই নোংজেংবম পিবানা মীনাইগী থৌদাদা লৈরকপা মরম্না ময়ুমদা কুমদুনা পোত্থাবা ফংলক্লে। মরম অদুনা নিংথৌগী ময়াম্বু তেম্না কাপ্পুনা হাৎলপা মীনাই ওইবগী থৌদাং কোক্লবা হোৎনখিবনা মপুং ওই। মমৈদা নিংথৌগা থাই নোংজেংবগা অনিগী য়া-নবা রারোল, লেপ্নরকপা রাফম্না হৌজিকফাওবগী জাতিগী সংস্কৃতিগী থৌদাং য়ারিবা চুপশারোল ওইদুনা মৈতৈ জাতিগী নাৎকী থৌদাং য়াদুনা লাকখিবগী রারীনি। মতাঙ-মতাঙদা থৌদোকা চান-চু-নবা য়েংদুনা মফমগী মমিং থোম্নরকপা লম্মিৎলোনগী থৌদাং কয়াসু থেংনবিগনি।

অরোইবদা পঞ্জনিংঙবদি পুয়া মশা অসিমক, হৌবদগী লোইবা ফাওবগী মওংদি হৌজিকী পেরা নাইবা তাঙ্কক খায়দোকপগী মওং লৈরমদে। রাহৈগী মতাঙ মতাঙদা চৈথৈ অনি চিংবী অদুগা রাহৈ পরেংগী পংথৈ লোইবদা চৈথৈ অনি চিংলগা

শুন্য অমা থম্লগা অমুক চৈথৈ অনি চিংবগী মতৌ অসি ঙাক্তনি। অদুবু পাবিরিবশিংনা লাইরিক অসি পারকপদা ঙাহাক্তং লেপ্পা য়ানবা অমদি পংথৈ খঙনবগী মওংদা পেরা মাইবগী থৌওং ওইনা থোকইঙ্ক্ররে। থায়নদি পুম্নমক অসি পুমশম শম্লবগী মওংদা ঙাক্তা ইথিরম্মি। মাসিগী মরমদা থরদং খন্নবা তারবদি মতম অদুগী চে য়াম্না ভাঙনা ফংবনা চেদা য়াম্না কপ্না হৈনা শীজিন্নরম্বরা থম্রি। অতুগা মতাঙ মতাঙগী ওইবা পংথৈ শেম্বদা অকগী তাকক ওইনা শেমদুনা পুথোকচরে। অস্তুম্না থৌওং থৌরম অদুগী মতাঙ থায়দোকপনা অপাবশিংগী মফমদা থরদং মচা খায়বা ওইগদরা থজবদগীনি। নহলমদ্রবদি মকোক্তগী লৌইবা ফাওবা শোর হৌন্দবগী মওংদা লৈবক্তম থোকথিগদরা চিংনজবদগী মওং অসি থরদং শেম্মদোকচৈ।

ভোগেশ্বর

— —

# সুমিৎ থাপ্পা

১

হয়া হে [১]লাইরেল [২]তাউতন্পা ॥ সনা [৩]সেনকোয়রেন [৪]অপান্পা ॥ চারং [৫]খোয়পুংসেন্পু ॥ [৬]নোংসাপা মৈরো ॥ সনা খোঙ-খাপু পুরুমচাপানে ॥ লাইরেন তাউরোইনাই অঙান্পাকী ॥ সুমিৎ সনা মতেংথা ॥ মঙল্ [৭]থাংথপা ॥ মতু ভোংচেং থমলো মায়াংপা ॥ য়াইখঙ্ মসানম্ ॥ তপ্তা সনা মঙয়্খোম রোন্থোক্পা ॥ [৮]পাতম্ [৯]য়োয়াইমেন সৈরোন্পাপু ভেংথাচরক্কে ॥০॥

চোয়নৌ সনা সেনকোয়্রেন অপান্পা ॥ অরাং চারং খোয়পুং সেনপু নোংসাপা মৈ ॥ য়োইপু চক্পা লম্লাং অমাইপী ॥ খোয়্লেন মঙ্চঙ্থোপীনা ॥ পাউথেম্লোং ॥ তম্পা কোরৌ নোংখাইহন্পী ॥ [১০]তুপি ঙাংয়েক্ চমুনা ॥ য়োইমমাই তাউতন্পা ॥ মরোইনাইপু পাউকৌনোং ॥ [১১]মালেম লম্পী খোংতাই সেম্না ॥ [১২]খোপ্সাপানা খোপ্সা-নোং ॥

---

১ লাই পূয়মক্তগী লেম ওইবা ২ অহাওবা অভিমাদা তাউহনা তন্দুনা লৈবা হুমিৎ ৩ অরংবা শেনগী মতৌগুম ইকোয় কোয়বা, মওংপূহনগীরু অহেনবা, ৪ ভৌনা লংলবা ৫ ইকোয় কোয়বা মওংগী মনুংদনা সেনগুমা লংববু ৬ মতম পূয়মক্তা সুংশা মঙাল শাহনতা লৈবা (মৈশা পীবা)। ৭ মতিক্তগী মথাঙ মথাঙ ওইহননিবা ৮ মপা লাকপা ৯ য়ৌবা ওয়োইদৌবা ১০ নিংথৌগী মচা ইবেম্মনা ১১ লৈবাক অসিগী মপী মপা ওইবা পূয়নমকা বা-তায়রহনা, ১২ মাগী মাগী মশিল য়েনবশিংনা য়েনথিবা।

[১৩]লাক্সাপানা লাক্সা-নোং [১৪]পরয়্পানা পরম্নোং ॥ [১৫]থাং-থোংপানা থাংথোংনোংকিপু ॥ হয়া লাউনা ভেংখারক্কে ॥০॥

লহাননোং হয়িচকঙৈকী ॥ [১]কোরৌ নেমথনা ॥ রাংপল্ খা-থানা পাল্লম্ঙৈ ॥ পামেল রুরুপাল । [২]কোঙয়াং রাতোল কোল ॥ সূকমু লৈতম্ ফেন্ফাতা ॥ [৩]কোরৌ নোংলাউখোন্কা ॥ [৪]মালেম তমপাক লয়রাউখোন্কা অনিমানা ॥ [৫]নক্না সংনা পাল্লমঙৈ ॥ নোংপাল য়াউরৌ পাম্পা ॥ [৬]মেনাং তনপা ভুরেংকায় অঙৌপা ॥ ঙাম্নু খেরে-চানা লোই ॥ [৭]কোরৌ সেনচঙ্না । [৮]রাংপল পাইচঙ্নানা ॥ পাল্লম্ঙৈতা ॥ মুমিৎ অনি চৈরোন্বা ॥ থপী অনি লেংসিন্নানা ॥ পাল্লমঙৈ চায়তাপারা ॥০॥

হয়ি খুমুংলাংপাচকঙৈ ॥ [৯]পলেম পিনাই-হৌ । [১০]পনথৌ পানাই হৌরকঙৈতা ॥ [১১]মালেম লয়পু ল্মপী ॥ [১২]কোরৌ নোংপু খোনপীনা ॥ কোরৌ মুমিৎমাতা ॥ মপারী মঙা সাংলে হায়তাপারা॥

---

১৩ মথৌ মঙম অদু শূগদবনঃ শূখিবা ১৪রাখল তৌদুনা ফগদবা শীন্বনা শীন্নরকখিবা মুমিৎ ॥ ১৫ শূ নোমগদবশিংনা নোমননবগী ॥০॥

১ অরাংবা রাখল্তুনা ফংনবা লাইশিংগা নক্শিন্ননা পাম্নিঙৈ ২ রা পান্বী ৩ লাইগী অচুম্বা ওইবা রাইহশিংগা ৪ মালেমদা পোক্লিবা মীশিংগী রাখলগা ৫ অমত্তু ওইনা নকশিন্নরিঙৈদা ৬ হামেঙ লাবা মতু অঙৌবনা লংলবা ৭ অরাংবা থাক্কী ওইবা কোম্নুংগী মীগা মশেল নিপা ওইনা ৮ মবাই ওইনা মরী মতা ওইদুনা। ৯ মমাবু মশক খঙনরকপা ১০ মপা মশক খঙনরকপা ১১ মালেমদগীমু অপোকপী মমানা হেল্লি হায়বা খঙনরবী ১২ অচুম্বা অকবা পূকচেল ওইবনা মীপুম খুদিংবু য়েক্লবা থমদবীনা

মপল ভৌরিং লৈমচা ।। লয়কু লয়্‌রায়মুংতা ॥ পান্‌কাপা চিং-থৌচমু্‌ণা ।। পলেম পিথাঙ্‌ সিন্‌না ॥ নাউয়োকএ হায়ভাপাখা ॥০॥

থপী লৈমা চমু ॥ ছুইমু লৈমা সাফাপী ।। কোরৌ নোংপু খোনপী ।। মালেন লয়পু ল্‌মপী ॥ সনা লিনকোয়কী—॥ য়োই-ময়াই [১]মসাপী অমা হান্‌না সাৎপাতি ॥ [২]থাঙরিকুম চিংনাংনা ॥ [৩]লোইমোমকুম হামকংনপানিকীনা ।। [৪]মালেম লয়তা কুমখিরে । [৫]লয়সৌ খোইমিৎ রোইখিরে ॥ য়োইময়াই ভাউতনপা । [৬]ময়াঙ সোয়রেন লাকপা ॥ খোইমোম মছুইরোইনাই ॥ থাঙরি অংহাঙপী ॥ লোইমোম অচাউপীকী ।। হৈনা মতুংমিন্‌ ।। সনা মময়্‌ রায়্‌না ।। [৭]থাঙরি মরীপন্‌ ।। লোইমোম মাঙতাপীপ্‌ সানরোনখিএ ।। ।।

য়োইময়াই ভাউতনপা ।। [৮]মসাপী অমা কোন্‌না সাৎপাতি ।। [৯]কায়রৈ য়েরুমকুমনা পোম্‌কংনারে ।। য়োইময়াই অমাতি ।। [১০]কোরৌনোংতা কাখিরে ।। কোরৌ চুমিথাঙ ।। রাংপল মুমি-তাংপু রোইখিরে ।। কোরৌনোংতা কানা ।। কায়রৈ য়েরুমকুম কায়খিরে ।। য়াওরৌসা সঙাই ভুঙাঙ্‌পা ।। [১১]মুংপাল চক্‌মোম ॥

---

১ ময়াম্মুং অমা হান্না পোকখিবদি, ২ হয়জিঙ ফাদবা ফৌগুয়া শাৎখিবনা ৩ ফৌহাম ওইরবা অকংবা ফৌগুয়া, ৪ লৈবাক মমুংদা কুমখি, ৫ লয়শৌ কৌবা তীন ওইদুনা মাঙখি, ৬ খাই পুয়মক্তী ময়ায় ওইবদা লৈদুনা ফত্তবা পুমবু লাকশিনবিবা, ৭ মাঙবা নাইদ্রবা ফৌগী মরূনা মথং মথং পোরক্তুনা শন্দোরুকপা, ৮ ময়াম্মুং অমা কোন্না পোকপদি. ৯ মায়বা (পুন্নবা) য়েরুমগুমনা ১০ লাইরৈবাক তানথরে (শিথরে) ১১ ল রাং সলাই,

খোয়মা তম্থ-সাপু ॥ পোইরৈ মচা-লাং ॥ চেংলৈ মসন্ সঙাই লাম্পীচ কী ॥ মাঙমৌ নুংনি [illegible] মলরায়্না ॥ য়্মাওরৌ অহিং-গিংপু ব্লোইখিএ ॥০॥

য়্মোইময়্মাই মসানৌ অমা ॥ [1]কোন্না সাংপাতি ॥ নুমিং কাইতে ঙমপা-ব্লো ভৌনা কোঁএ ॥ য়্মোইময়্মাই মসানৌতি ॥ [2]ব্রুনপি হুক্মন্ হামন্পা । [3]পুকনিঙ্ য়্মাংমন্ কায়্মন্পানি-কিনা ॥ [4]থোংনাং লেপলু॥ কাউচাউ সরা লূতা ॥ চঙ্না নোংমন্-খিপ্যাপু ॥ [5]য়্মিমু থকয়্মোংনানা নোংকারপাতা নুমিং কায়্মতেঙমপা অভোনপাকী ॥ [6]য়্মারেন খোংচিতোন্না ॥ [7]লিক্কোল সন্য়্মা *মান্পীবু সান্ওন্খিএ* ॥ লুব্রাই কোয়্মরেনথক্কী ॥ তাঙচা মসম্তোন্না ॥ [8]লৈসং তোলোং-লৈ ॥ [9]লম্পু খাঙ্পা পুরুমলৈ ॥ য়্মোইপু ব্রাকচিং লৈমা সঙ্সা ঙম্পী ॥ খানলৈ লৌকোয়লৈ ॥ মৈতৈ লৈমা [10]মোংপাললোন থমপা ফাপী ॥ ব্রাকচিং লৌকোন্লৈ ॥ [11]খোকলাং তোনচুম-লৈ ॥ সরা চুমপুন-লৈ ॥ মতু অঙৌপা নিংথৌ তোরানা ॥ থোঙলেন নিংথৌ কোনফাবলায়্মম্তা

---

১ কোন্না পোকপদি, ২ মপূক্লিংদা মীখু থওই-উশিত্তবা হেন্মনবনা, ৩ ব্রাথল থেনবা মরমদগী, ৪ ময়াংগী লেপ-হেন্না লূনা ব্রাংবা লূ । ৫ ঈশিংদা লাকশীন্দুনা (ঈশিংদা নমশিনবদগী ঈশিং থক্তুনা) । ৬ অচৌবা ময়া ফজবহুনা ৭ শনগী ময়া মান্না নিঙথিরব লিক্কোল, ৮ মতোল লোঙবা লৈশং কৌবা লৈ, ৯ লম-তুদা পুবদা থুনা খুইদবা লৈ, ১০ অঙোম য়্মেকী নিংঙোল, ১১ মথোক্তগী মতোন য়্মৌনা জূম-জূম লাউনা শাংপা লৈ,

[১]লাংকোই সাকোন নাকথং তাইখঙলৈ ॥ লৈসং তোলোং-লৈ ॥ অঙৌপাপ্ বোইনা সানরোনখিএ হায়্‌তাপারা ॥ য়োইময়াই লাইরেন তাউতনপা ॥ তাউরোইনাই অঙানপা ॥৩॥ [২]মালেম লাংচাখৈ অখৈপা ॥ [৩]সুমিংসনা খোম্‌মাতোন অতোনপা ॥ থপী সেনকোয়রেন অপানপা ॥ [৪]রাংলেন চারং খোয়পুংসেন নোংসাপা ॥ [৫]মসাপী তাউহুইরেং অহন্‌পাপু ॥ [৬]লাংলেন কোঙয়াং রাপীহন ॥ চীংপল খোমরোল অঙনপা ঙন্‌না সাৎফাপা ॥ [৭]মোংপা খুন্‌লম্‌-ঙান্ ॥ [৮]সোয়খোঙ পরয়্ রুনাপা মৈকা ॥ মসানৌ য়োইময়াই তাউতন্‌পা ॥ কোলোয় মিংলেন চুনপা ॥ লাংচন নিঙথিপা তাউরোইনাই অঙান্‌পানা ॥ [৯]নোংপোক সনা লয়্‌কোয়্‌লম্‌কী ॥ [১০]সুমিৎ অনি চয়রোয়্‌নানা থোক্‌লক্‌লে ॥ [১১]থপী অনি লেংসিন্‌নানা পাল্‌লম্‌এ॥ [১২]সুমিৎ অনি খাইথানা থপী অনি খোকপাতি ॥ য়োইময়াই লেংসিন্‌নানা ॥

---

১ তোংনগদবা শগোলগী সাবন হাপ্পদা পুনবা নাকথং থোৱী মানবা লৈ। ২ লৈবাক অসিগী খ্বাইগী মথাথ কোথরেন তোংবদা অহেনবা ওইরবা, মথক্তা অমা লৈত্রবা (খৈরবা), ৩ পোকমিন্নবা মচিন-মনাউশিংগী খোমগী অতোনবনা ওইবা নিংথৌ ৪ অকোযবা লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী মকোক ওইহৃনা অতোঙবদা লৈরগা লৈবাক মীয়ামদা অফ-ফত্ত যেংবিবা, ৫ মযাম্বুং তাউ-হুইরেং অহনববু, ৬ অহল ওইনা ফম মচাদা লৈরবস্থ মরা চৎনরবা, ৭ খুল্লকী লমদা অচৌবা ওইহৃনা, ৮ যুম্বানবগী থবক তৌরিবা ময়াম্বগা, ৯ নোংপোক মায়কৈদা লৈবা লমদমসিগী, ১০ নিংথৌ অনি থাব্রাংননা পানগুমনা, ১১ থবানমিচাক অনি তিন্নবগুমনা, ১২ থোক্লিবা সুমিৎনা অনি থাববগুমনা।

[১]অঙান্পা নোংসা ভরং হৌপাকী ॥ অহিং নোংথিল নাইতা-রপাগীতমক্পু ॥ [২]পোইরৈ মীসন্ লৌকুমপা ॥ [৩]মীনাই লৌ-তাপা ॥ [৪]সিঙচা রাইকোইপা ॥ [৫]য়েনলাং থৌচৎপাসিংনা ॥ [৬]মিৎয়েং নাউস্থমতা ॥ খোমলেন তুংকনফাভাপাকীপু [৭]রারোইখিএ ॥০॥

খুরাই নোংচেংপম নাইচা ॥ য়েকমা হাউতংলা ॥ নমু পোং-পারাচা অতন্পানা ॥ য়োয়মমায়াইপু রারোইখিএ ॥ [৮]তাউতন্প-মসাপী ॥ তাউহুইরেং অহন্পাপু ॥ মুমিং অনি চয়রোয়্নানা ॥ থপী অনি লেংসিন্নানা ॥ [৯]মুমিং চয়্রোয়নাপানিকিনা ॥ [১০]ভরা লৌচেনপোৎপু ॥ [১১]অনিরক রোইতে ॥ [১২]লাংপল রুমুঙ সিঙ্চন্পোৎস্থং ॥ অনিরক হল্রাইএ ॥ [১৩]মিৎয়েং নাউ-স্থম্-ফম্তা ॥ খোমলেন তুম্কন্ঙম্ভারাপাকীনিনা ॥ ইপারী হাউ-তংখু ॥ ইমোম হাউতংহনপু [১৪]ভরা চাকুপ সায়্না নাউয়োক-ফাতে ॥ [১৫]মোমমু ভালোয় ইলুমপী ॥ হাউমু চাখামুপু লাংকোন-ফাতে ॥ ভয়ম মীনাই রোইপানিকিনা ॥ [১৬]লৈগা রোইচা

১ অয়েপ্পা লৈতবা য়াথং তৌরবগী, ২ লৈবাকসিদা লৌউশীংউ কুম্বা ঙমনদা · ৩ মীনাই ওইবা মরমনা লৌউবা, ৪ শীংয়ান-উয়ানবশিং, ৫ য়েনশাং থিবা চৎপশিং, ৬ তুম্বা ফংদনা, ৭ শাউনখিএ ॥ ৮ নিংথৌপী ময়াম্বুং, ৯ নিংথৌ অনি পানবঙুন্নবদগী, ১০ চরা অনি শুনা চাগদববু, ১১ চরা অনি শুনা চানবা মতম ফংনদরে, ১২ লাংবন থাদা শীং উমুং য়ানবদা, ১৩ তুম্ন-হিপ্পফ মদা ১৪ চাক য়েনশাং মহাও থঙনা মতু মচাশিংগা চামিন্নবা ঙমদরে, ১৫ পুনশি তোলোয় তানমিন্নবদা লোয়নজবা মুপী, ১৬ ওইজ-ওইথক

খিপাকী অরা সোঙকি নীকলে। [১]সমু লেংলোয় চাকলে॥ অরা পোংখোকফাতে হায়না। কংলৈ মসূম মাঙতা॥ মালেম খোঙ্পু-খীন্॥ তকলো সিতং সোন্না॥ য়োইমন্নাই অঙান-পাপ্ [২]রারোইখিএ। [৩]তাউহুইরেং অহন্পাপ্ রারোইখিএ॥ [৪]র্নপী কলহৌ নীকখিএ॥০॥

খুরাই নোংচেংপম পিপা॥ য়েকমা হাউতংলা॥ নমু পোংপারা১' অতন্পানা॥ [৫]মোমন্নু তালোয় মলুমপী। হাউমু চাখান্নুতা [৬]পাউমেন্নখিএ॥—হে মোমন্নু তালোয় মিলুমপীরো॥ নঙন্য নপাম রাপু [৭]রানীরুরো॥ হায়না [৮]খৌসিখিএ॥ [৯]মপু সেলোই লংমাইরা। [১০]লংমাই মুচুমরা॥ হাউকোং মুংখিল রাপু॥ লাংলেন কোঙয়াং রানীরুপাপু॥ [১১]রাৎপীঙমতেএ॥

কোরৌ মুমিৎমাতি॥ মপাম রাপু রানীখিএ॥ মপাম চকপা [১২]খোংখোং কারল-রা॥ খোংখোং লাইপা মরা চা॥ কাবল লাইপা মরীং-রা॥ [১৩]হাউমু সোনমোইতাউপী মখুৎথা॥ মুংপাল পুরেংমু মানপানা॥ সেলোই নোংখোংপী॥ কাপা

---

১ হকচাং পাঙ্গল ময়েং তাখয়ে। ২ শাউখিএ ৩ নিংথৌগী মন্নাসুং তাউ-হুইরেংবু শাউখি ৪ মপূক কনখি খোক্লা মুংঙাইখিদে। ৫ পুনসি তোলোয় তানমিন্নখিবী। ৬ হায়গদবা বারম হায়রুনবা মেনখি। ৭ রা নীরুও ৮ খোদা ওইনা পাউখোল শীখি। ৯ সেলোই লংমাই লমদা থাবা নিংথৌগীতা শীজিন্নবা হৌরিবা বা পাম্বী ১০ লংমাইচিংদা ইমং মংনা কুংনা মন্না হৌবা বা ১১ রা পীবা ঙমদে ১২ খোংখোং কারলনা থঙবা বা ১৩ হাউমু শোনমোই তাউবী কৌবীনা থারম্বা বা,

মাখ্ংথা । মুংপাল পুরেংমু মান্পানা ।। সেনলোই নোংখোংগী কান্থা-রা ।। [১]কারল লাকপা।। থৌমান তাউপা মচীংসাং। [২]কারল নিংথৌ শোকপামপা মরমথৈ ।। কারল লৈমা ।। খোক-হামপী ময়িম্ফম্ ।। [৩]মতাইরেম কারল লমপুপা ।। থিককা-রিনু মান্পা মকাইফম্ । লংমাই খুচুম মুচুমলোক ।। [৪]কারল য়োংখাঙচীংতা ।। পানপা রাপু রানীরুপাপু ।। কোঙয়াং রাচেৎমা ।। লাংলেন তংখায়মাতাপু রাপীরকএ ॥০॥

খুরাই নোংচেংপম নাইচা ।। য়েকমা হাউতংলা ।। নমু পোংপারাচা অতন্পানা ।। [৫]কোংয়াং তংখায়লৌ ।। লাংলেন মচেৎ খায়খিএ ॥০॥ [৬]লিসা তেনসাখিএ ॥০॥ [৭]লাংলেন অরুপ্-পানা লীকা রোই ।। কোঙয়াং অরোংপাতি । তেনকা রোইনা লীসা তেনসাখিএ ।। কোরৌ মুমিৎ মঙানি ।। [৮]লীফৌ-তেনফৌ-খিএ ।। কোরৌ মুমিৎ মঙানিমাতি ।। [৯]লীসেম তেনসেমখিএ ।। কোরৌ মুমিৎ মঙানিমানা ।। [১০]লীসূ তেনসূরাপাতা ।। খুরাই নোংচেংপম নাইচা ।। য়েকমা হাউতংলানা ।[১১]লীরুং খোংচি তিং ।।

---

১ কারল লাকপা কৌবা ২ কারল নিংথৌ শোকপাবগী ৩ মনাই অচানবা ৪ য়োংমুনচিংবা য়াম্না লৈবা কারলগী লম অসিদা ৫ রাপুন্না তংখায় তারহুনা ৬ মরীদা তোংহল্লগা কাপকদবা তেন ৭ কনম পয়ানা লীরী ওইরহুনা ৮ চোৎলিঙৈদা শাবদু কংননবা নুংশাদা লীরুংসু তেন ওইগদবসু ফৌথি। ৯ লীরুং তেন শাথি। ১০ শীজিন্নবদা চঙ্গদবা (তম্বদসু চঙ্গদবা) য়াওনা মপোৎ মশীং শুরবদা ১১ লীরুংগী মচাল অনি অদু কন্না তিংলহুনা

[১]লকা তেনমৈ লাক্‌না ॥ [২]রায়রা সেংকম্‌ খোংনা ॥ তাউতন্‌পা মসাপী । তাউহুইরেং অহন্‌পাপু ॥ [৩]ফাকাপারা হায়না ॥ [৪]সেনতাং খারা পানতোংপাপু পাতম্‌খিএ ।। পোনপি চীরোন্‌চন্‌ ॥ [৫]চেকলা য়োম্‌তম্‌ পৈপাপু ।। মালেম লম্নমায় ভানা কাপ্‌-থারে ॥০॥ কোরৌ মুমিৎ তরুক্‌নি স্নরাপাকা ॥ অনৌপা লীরী থমমোয় তি ॥ লকা তেনমৈ চপ্‌না ॥ [৬]খুমু মান্‌থিক্‌ তেরা ॥ মমা পুচেং ল্যাইনাউভাপিচা ।। খুমু মানথিকতোং ।। [৭]চীংসোং লমলৈমাপু ॥ লাংলেন কোঙয়াং রাতোনথককী ।। চেকলা কায়্‌-তোংপাপু ॥ [৮]পান্‌তমলুপাপু পাচুখিএ ॥০॥

কোরৌ মুমিৎ তরেৎনি স্নরাপাভা ॥ খুরাই নোংচেংপম নাইচা ।। য়েকমা হাউতংলা ॥ নমু পোংপারাচা অতন্‌পানা ॥ মোয়মু তালোয় মরুমপীতা পাউমেনখিএ ॥ মোমমু তালোয় য়িরুমপীরো ॥ হাউনু চাখামু সাফপীবো ॥ নঙতো লাইচা স্নি-পাললাং ।। [৯]য়িমু ময়োল সৎলুরো ॥ [১০]মোমমু ফৈসা ॥ পোপ্রতেক লয়না সা ॥ [১১]পুলাং লুরোই থোংনা ॥ লয়্‌রায়্‌

---

১ তৌগ্রেগী তেন্নিঙ অহ্ খুৎনা থম্মোয়, থবোম্বী মপা রাংমা লাগ্না কন্না চিংলহ্না ২ তেনজৈ অহ্ উ কারক অনিগী ময়ায়দা থন্নহ্না ৩ কাপ্‌না পালহনবা ঙমগদরা হায়বগী ৪ অফৈবা রাদা তোংবা য়েন্দাংদা তেনগী তেন-কাপ পান্দমথি ৫ উচেক ময়াম তোংববু ৭ লমখুমু ৭ চীংদদা লৈবা লম-খুমু ৮ পান্দম্বদা পানবা ঙমথি । ৯ অরূবা ঈশিং শোন্নরো । ১০ হুপী ওইবীগী কোকী ফৈজা হাপ্‌না ১১ কোকথক্তা ঈশিং পুল থোনগৎলগা,

[১]হুইসোন কারক্‌লাপাতা ।। খুৱাই নোংচেংপানা ।। [২]লাপা কপ্‌ল্লাক্‌ সেংসৌনা ।। রায়রা সেংকম থোংনা । ল্যকা তেনমৈ চঙ্‌না ।। মোমসু তালোয়্‌ মরুমপী ।। হাউমু চাখামুকী ।। [৩]চোম-ল্লাং মনাসি।। [৪]সিঙলেন রুয়োল-লৈপু ।। [৫]পান্‌তম্‌পাপু প্যাচুরে ।। সিঙলেন লৈয়াই খায়্‌না ।। তেন্‌পাল্‌এ হায়্‌তাপারা ।।০।।

কোরৌ মুমিৎমাতি ।। মরুমপী হাউমু চাখামু সাফপীনা ।। [৬]পানপি লুতা থোংপাপু ।। পান্‌তম্‌পাসুং পাচুরে ।। কোরৌ মুমিৎ তৱানি স্থরাপাতা ।। খুৱাই নোংচেংপম্‌ নাইচানা । লীরী প্যানকা তম্‌না পাউমেন্‌খিএ ।। মোমসু তালোয় ইরুমপী ।। হাউমু চাখামু সাফাপীরো ।। রায়্‌রা সেংকম্‌ থোংন । পান্‌-তম্‌কে হায়না পাউমেনখিএ ।। হাউমু চাখামু ।। মোমসু তালোয় মরুমপীনা ।। [৭]তুমুং লংলা লংপুম্‌ লংপু ।। [৮]লংসুং থোঙ্‌কা তিংলাপাতা ।। মাথংলেন খাপা তেলহৈপানা ।। লীরী থামমোয় তিংনা ।। [৯]রায়রা তেন্‌রাইথাপাতি ।। মরুমপী হাউমু চাখামুনা ।। লংসুং থোঙ্‌কা তিংপাপু [১০]কাপফৎলে ।। য়োইময়াই তাউহুই-রেং অহন্‌পাপু ।। ফারঙৈনে হায়না ।। পুকনিং হরাউ [১১]থোই-চাখিএ হায়তাপারা ।।০।।

---

১ অঙথা কাবদা হুই হুই লাউনা রানা কারকপদা ২ নিপা ওইবগী মতৌদা থোঙ ওইনা মাঙদা য়েৎনা তুংদা থয়গা শেংশৌননা লেপলহুনা ৩ নাদা চোমগী লৈনা য়াম্লিবা ৪ উগী (চোম উগী) ময়োম্না শেম্বা লৈ ৫ তেন্না পান্দবদা পান্নে । ৬ কোক্তা পান্দুম থম্বা ৭ লং অতাবা ৮ থোঙদা তিংববু তিংলবদা ৯ তেন্না কাপলকপদি ১০ কাপতুনা ককথৎলে ১১ হন্নাও-জখিএ (মথোই কাজখিএ)

কোয়ৌ সুহিৎ ভরামাথোইনি সুরাপাতা ॥ খুরাই নোংচেং- পম্ নাইচা ॥ য়েক্মা হাউভংলানা ॥ তালোয় মরুমপীপু [১]মোমসু তালোয় লুমক্তিন্তা ॥ [২]চৈয়ে লুমলাং থেংনা ॥ [৩]কোইনা নীক্না মতোম য়াতাখিয়ে ॥ [৪]য়িনুং সোয়য়াইমাতা ॥ য়েক্মা হাউভংলানা ॥ য়োইপু নাইচানা ॥ তালোয় ইরুম্পীরো ॥ [৫]রোক্লেন্ লাপা লৌচঙ্পা ॥ [৬]লাইরেন লাপা লৌতাপাপু লৈএ । হায়েং কৌপাচিং ॥ য়িমুং সোয়য়াইমা ॥ [৭]লোইয়া তমলোন্লাপাতা ॥ [৮]লাপা খুমন্ য়াংতৌ লীকে ॥ য়োইপুনাই মোংমু । তালোয় ইরুম্পী নঙ্পু । [৯]লৈকাই খুনপোইকুনো ॥ [১০]কংলৈ য়াথোক্কুনো য়াথোক্ফরোইএ ॥ [১১]মোমসু মোইথাপ মরীন্চিংত'না ॥ [১২]মোংপা সাহুনফারোইএ ॥ তারেঙ থোংকাংনা ॥ [১৩]মোমসু সূনা হাউতে তাইকাঙ্না ॥ লংচাক্ য়োইলম্ হুন্না ॥ [১৪]নান্পা তেম্চিং লোন্না ॥ [১৫]য়ারা সিন্থোঙ্ থাম্না ॥ য়াংকোইঙামও হায়না পাউমেনখিএ ॥১॥

---

১ মতালোয়গা নৈমিন্নবসু ফংদ ২ ফিরুক ফিরাং খুন্নহুনা ৩ মপুক- নীং মুংঙাইতবগা লোয়ননা মথন্তা লৈথরে । ৪ অহিং অহুমক্তদা ৫ ওক লাবা তোমচংনা লৌদা নীন্বগুয়া থোঙদাবিবা ৬ চীং-মান্দা লৈবা লিন- জাও লাইরেনশিংনা কফৎ কয়াংদা নীনবগুম নৈয়িবা ৭ মুমিদাংবাইগী মতম ওইরব্রুদবদা ৮ নিপা থোক্লা লবী লীথুন থিগে ৯ কৈরোই লৈকাই য়ূমলোয়বদা কোয়থোক্নহু । ১০ মীয়াম তিনবা কোয়ুংলোমদা থোকমু । ১১ মুশী ওইবীগী শিনফম মোইথাপ নাইদহুনা ১২ নয়ম থাদোকফরোইএ ১৩ মুপী শিনলম ওইবা ফি শাবগী শূনা কাঙলহুনা ১৪ অনানবা তেয়া লংলক্তা লোয়্হুনা ১৫ থবক অতৈ নোয় দনা

কৌপা [১]সোয়্.লম্. সোয়্.ফাৎতা ॥ চীংলেন য়াকালম্.তা নোংঙানৃভানা ॥ খুরাই নোংচেংপম্. নাইচা ॥ য়েক্.মা হাউতং-লানা ॥ মোমসু ভালোংয় মলুমপীপু ॥ থেংনা কোইনা চৎখিরে ॥ [২]অতুনোংকিপু থেংয়া লমমুঃসিরো ভৌনা কৌএ ॥০॥

য়েকমা হাউতংলানা ॥ সেলোই নাকপাকমা ॥ লংয়াই চীংসা নাপোম্.য়াভা ॥ [৩]য়োইময়াই মসাপী ॥ তাউহুইলেং অহন-পাপু ॥ [৪]য়াওরৌকুম সান্.থুপ্.না ॥ [৫]ভাঙচাকুম লমফমখিরে ॥ [৬]হৌনা নাসৎনা ॥ [৮]খোয়মা নায়ায়-খায় ॥ পামেল রু্না হেক্.না ॥ খিংলৌ পান্.তম্.খিএ ॥ ভাঙচাকুম লমফমখিএ ॥ [৮]খোয়মা লিলা নাৎথেৎখিএ ॥ লীরী থমোয়্.তিং ॥ লকা ভেনমৈ লাক্. ॥ [৯]কাঙ্.কম্. য়াতাচীক্. ॥ [১০]রায়রা সেংকম্. খোংনা ॥ খৌপী-লৈমচা ॥ ভাউহুইলেং অহন্.পাপু ॥ [১১]মিৎয়েং নানি লোঙতনা ॥ লমফমখিএ ॥০॥

হয়েং কৌপা য়িনুংসোয় ॥ [১২]সরা তৈমা-রোন ।

---

১ নোংঙানফাত্রিভৈদা ২ সুমিৎ অহুনগী হৌনবু ৩ নিংথৌগী ময়াম্বুং ৪ লক্কী শানা নারক-শীংলক্তা মশা থুগু্না লোৎপগুম । ৫ লিনগুয়া তুমিল্লা য়ৈশিন্দুনা লোয়া লৈখরে । ৬ হাউনা ( চয়োৎ মানবা মনম সুংশিবা নাপী মথল ) অহুগী মনাশিং ভপনা হায়দোক্তু্না ৭ নাপী শীংবীশিং অহু ময়ায় থায়দোক্তু্না ৮ নাপী ময়ক্তা লিয়া নাশোন থোক্তনা লৈবগুম লোৎখরে । ৯ তেনজৈ ময়াদা চীক্তু্না ১০ মাঙদা খোঙ ওই থরা থাং-দোক্লগা য়েৎকী খোঙনা তুংদা থংহুনা পাঙ্গল থেক্না শেংশোননা লেপ-তুনা ১১ মিৎকম হোংদনা ( মিৎয়েং মফম অমত্তদা য়েংলহুনা ১২ মঙায়া

[১]লোয়য়ঃ তমলোন ঙালকপতা ।। অৱাং চীংখৈ [*]কনাথোঙ্ ।। [২]সতু চীংলাই-ঙাল্লপতা ।। [৩]লংমাই থোৗপী লোকমায় হেন্ ।। [৪]ৱুখোক ৱাখোক ঙাললপাতা ।। কায়ৱৈ চীংসোং কাপীনা ।। চেকলা মথোঙ লয়না লাংপালম্ ।। [৫]খাৱং পায়পং হৌ [৬]ৱামপী করোঙ চোংবা ।। [৭]চেকলা মৈনা ৱোৎলকলাপাত্তা ।। অৱাং কৌপা মথ্ৰোল ।। লাইচা য়িপুৎ থোকপা ।। সতু মালেম লয়্না পাকপা মৱমথৈপু ।। নোংপোক ভৌৱিং লৈমচানা ।। [৮]য়োয়না হুনখৎলকলাপাতা ।। নিংথৌ খাকী মহা সাফংানা ।। [৯]মিৎসনা মথোঙ লয়না হাঙপা ।। পামেল ৱুমায়লেঙ্ নিঙ-থিপা । [১০]নোংপোক ভৌৱিক ভৌৱাংলোং সাংফাপানা ।। [১১]সনা হংচৈ সৎনা ।। [১২]থোঙলেন্ নাতৈ কাঙ্লপাতা ।। ভাউহুইলেং অহনপানা ।। [১৩]লেঙ-লেঙ কংলা ভোংপালমতা [১৪]য়োইময়াই ভোংখৎলকপাতা । খাকী লিকলা হুনপালম্

---

শৱা শল্লরুবদা ১ চীংয়া তময়াদা মঙাল য়ৈৱকপদা ২ লাপী-শিঙবী হৌবা চীংমায়দা নুমিৎকী মঙাল্লা য়ৈৱরুবদা ৩ চীংমায়দা নুংশানা য়ৈবদা ঙানবগুম নিঙথিজনা ৪ উখোং ৱাখোঙ পুম্বা মঙাল্লা য়ৈৱরুবদা ৫ খুনু থৱং অমদি পাইবং কৌবশিংনা হৌৱরুবা মতম । ৬ য়াম্বী কৌবী উচেক মচাশিংদুনা নোংঙারুবদা হৱাওদুনা চোংবা মতম ৭ লমগী উচেকশিংনা মমৈ খপ্পৱরুবদা ৮ অৱাংবা অভিয়াদা ইনখৎলরুবা মতমদা ৯ মমুবা মিৎ পুম্বনা উরুদববু উৱরুবদা ১০ নুমিৎ কৌবনা ১১ অহিগী অমম্ববু কোকহল্লদুনা ১২ মমুম্ববু ঙালহনবদা ১৩ মীয়াম পুম্বগী মীতিনফম ওইবা কংলাদা ১৪ ময়াম্বুং ভাউ-হুইৱেংনা কংলা কোমুংদা কাখৎলকপদা

[১]ঙাচিং সারোন য়িসং থাং । লুখাম য়িপু কান্না চোংখৎলক্লাপ্পাতা ॥ চোয়্নৌ সনা মহয় য়ান্পা ॥ লুপা মপাল সাপা মলম্খৈ । [২]নোংপোক সনা খুন্নুংপোক [৩]লৈমা থাপী লুকোক চম্নুনা নোংকালম্ ॥ মপারী অমুরাচা খোকলিঙসূমপাচাকা ॥ পোনচেম ফপ্ মখুরোল ॥ অত্তোন নারন্সূচা ॥ মরেপ মাংলৈ তাউপা হুইফংতাপা মরমখৈপু ॥ তাউহুইরেং অহনপানা ॥ কন্না চোংখৎলক্লাপাতা ॥ লিক্লা উনকোয়্মা চোং ॥ লম্না কঙ্মান্পী লয়হোমপাৎতা ॥ [৪]কাউরেল সন্ খোঙকুন্পু ॥ [৫]লম্না লাংসিল্লক্কে তৌকুম্লপাতা ॥ চীংয়ায় য়োইসোনখোম্ নানৌপা ॥ য়োইপরেন্ লেং-লেং সংপানা ॥ পামেল রুখোঙ্লন্ ॥ [৬]কোঙয়াং রাত্তোন লাম্না । [৭]য়োইময় ই অহনপানা খেনকারকপা ॥॥ [৮]রাউতু সালম্ কুন্থনন খেনচোংলকএ ॥৩॥

য়োই যয়াইনা [৯]খিং-খিং মকারক্লপাতা ॥ খুরাই লোংচেংপম লাইচা ॥ য়েক্মা হাউতংলা ॥ নমু পোংপারাচা অতনপানা ! [১০]থিংলৌ প্যানতম্ লাক্না থৈপা ॥ তাঙচা লম্ফম্পা ॥

---

১ ঙাচিং কোবা ঙানা রাইখু ওনগদোবা মতমদা মতমকুইনা ইশং মরক্তা লৈরুগনা মচু ওনবগুম ২ নিংথৌ ওইবশিং নিংথৌমচাশিংগী পোক্লশাংনফম ৩ নিংথৌগী লাইগী সেবা তৌবী মাথোয়গী ফনবা থনবদা মকোক মরু তাঙলবী মাইবা মাইবীশিংগী নোঙ্গাফম ৪ য়াঙনা থুনা কারকপদা ৫ সন লাবগী খোঙ্গুনবু ৬ হাইজিল্লগে হেক তৌরকপা মতমদা ৭ নুমিৎ মঙালা নেমথরক্লবগুম নিংথৌগী ময়াম্বনা মঙাল শামথনা ৮ মমিং মমায় লুহেন্দনা কংলা কারকলে । ৯ হোবে-গোবে কারক্লবদা ১০ নিঙলিবা অহুগী মপা য়েংলহূনা

খোয়মা লিগা নাথেৎপনা [1]চকপা থোংখোং কারল-লী ।। [2]লাং-লেন কোংয়াং রাসালী ।। [3]লয়নুং হীকাপ্ যাইকাপ্‌-লী ।। [4]কাচেং তাংখু তাহল-লী ।। [5]চাখা কৈরেল সোক্‌না-লী ।। [6]খু্‌মাও লেংকা তম্‌না ।। [7]খোয়মা লাংতোন্‌থক্‌তা লম্‌তন্‌-লী [8]য়েংত-হৈপা চেকসিন্‌-লী ।। [9]তোন্‌তা হৈপা কৈথ-লী ।। [10]হংগুোই তাউকাপ-লীপু ।। লীরী থমমোয় তিং ।। লকা তেন্‌মৈ লাক্‌না ।। [11]ল্লাপা কলহৌ নীক্‌না তেন্‌থারপাতি ।। নোংপোক তৌরিং লৈমচা ।। [12]তাউহুইরেং অহন্‌পাপু সোয়য়োন্‌লে ।। নারা খোইচু তেন্‌না ।। [13]লাংকোই থানুং থীৎনা তেন্‌পালল্লে ।। [14]ম্নিমু ফিরাক্‌ সানা ।। [15]তরাউ-তরাউ কাপ্‌থরে ।। অতুনোংকিপু তরা-পাৎরো তৌনা কৌএ ।। তাউহুইরেং অঙান্‌পাতি [16]ম্নিমু প্যাক্‌-ভক্‌নানা ।। ম্নিঙাঙ্‌ ম্নিচেন্‌নারপাকী ।। [17]ম্নিমু থক্‌মাতাখিপানা ॥

---

১ কারল লম্বুবনা থাবা রানা শেম্বা মরী পানবা ২ রা অহ্‌তনা শেম্নহ্‌না শাবা লীরুংগী লীরী ৩ কাপথরবদা পান্দবা লৈত্রবা পানথরবদা খুদোং থি-দনঙাই লৈত্রবা মরীনা শাবা ৪ মতাঙ ক্‌ংনা পানবা বাগী কনম্না শেম্বা মরী ৫ ফৌগৈ. শাবদা লী ওইনা পুম্নবা মরী ॥ ৬ মাঙলোমদা থাম্বিবা মিৎয়েংদা তম্নহ্‌না ৭ নাপী শিঙবী লাংগী মতোনথক্তা ৮ ইয়েং য়েংদ্রবস্থ কাপ্পদা শোয়ফদ্রবা মরী পাল্লবা লীরুং ৯ তেনগী মতোম্না তাথিবদা ফেনথনা তারুনবা পাল্লবা মরী ১০ হং পানবগুম্না অনোপ অতিং য়াবা মরী। ১১ নিপা থোক্লা কনথী :হোহ্‌না ১২ নিংথৌগী ময়াম্বা তাউহ্‌ই-রেংদদি পান্দরে ১৩ শগোলদা থনুং য়োনা ১৪ ঈতনা পুমঙাঙ ঙাঙলহ্‌না ১৫ ইরাই লায়না কাপথরে ১৬ ঈনা ঈঙাঙ ঙাঙনা পুমৈত তৈরহ্‌না ১৭ চেনথরকপা ঈনা থকপা লৈতনা

পামেল ব্রুফৈ থক্‌তা পকলৌপাতি ॥ পামেল সায়্রিফৈপু ব্রোইনা সালুয়োন্‌খিএ ॥ [১]তাউহুইরেং অহম্‌পাতি সুমিৎ চয়্‌চেন্‌লা ॥ [২]থপা লান্‌নংলা ॥ থিংলৌ য়াইমম্‌না ॥ ময়োং লীচৈ চেন্‌না ॥ লাইসনা কাক্‌কৈ য়িপু ॥ য়িমু থকমাতারপানিফিনা ॥ [৩]খোই-য়োম লাইনা তৌপাকুম পাইথাখিরে ॥ লাইপাই লমনুংসিরো তৌনা থোননৈএ ॥ নোংপোক তৌরিংলিক লৈমচাকী । লাং-কোই থামূং থিৎলপাকী ॥ হাওরে খানা পাংপালম্‌তা ॥ [৪]খোংনা লাউনা পাইথখিএ ॥ অতুনোংকিপু খোংচোম-লম্‌না মুংরো তৌনা কৌএ ॥ [৫]তাউহুইরেং অহম্‌পা মখ্‌নেৎতি ॥ রায়রা তেনপান্‌-লপামিফিনা ॥ [৬]রা-না চাউনা তারক্‌এ ॥ অতুনোংকিপু রাপা-চীংও থোন্‌নৈএ ॥ তৌরিং লৈমচাতি ॥ মোংচূপ খানা পাংপা লম্‌তা ॥ [৭]সোন্‌না সূক্‌না পাইথাখিএ ॥ অতুনোংকিপু সোন-লাইরো তৌনা কৌএ হায়তাপারা ॥০॥

[৮]মপল্‌ অয়াং কোরৌ ॥ নোংপুখোনপী সনা লিনকোর্‌কী ॥ য়োইমন্নাই লাইরেল তাউভন্‌পা মসাপী ॥ তৌরিং লৈমচা ॥ তাউহুইরেং অহন্‌পাকী ॥ [৯]লাংকোই মখ্‌ৎনেৎতি ॥

---

১ নিংথৌগী ময়াম্বদি অরাবগা লোয়ননা ২ লান মায়রৌক্রবা ওইরে । ৩ খোইয়ুম লাইনা থঙমাঙ মাঙখিবগুম পাইখরে । ৪ মখোল থোক্লা লাউ-খোংনদুনা ৫ নিংথৌগী ময়াম্বা তাউহুইরেং কৌবগী শগোন্দি ৬ শোর চাউনা রানা মশা লেকথরদুনা ৭ মশা শোনথনা রায়া শোকচিন্না ৮ মমা ইবেমা মী পুরমকী মথক ওইদুনা অয়াংবা ক্বৈ ফখী ৯ মাগী শগোন্দি

[১]ময়োং চয়চেন্না ॥ [২]য়ন্পী চাকম্ লেং ॥ লাংকোই থানুং থীৎলাপাকী ॥ কোয়ৌ নোংনাংপাল্লোম্ ॥ [৩]থৌখৎপাস্থুং পাই-খৎঙম্‌তারপাকী । ভাউহুইরেং অহন্পাতি ॥ লাংকোই মাখূ-নেৎতাকী ॥ [৪]কোয়ৌ নোংনাংপাললোম্ চোংখৎখিরে ॥ য়োইমাই মসাপী ॥ [৫]লাংলেন কোংয়াং য়াপীহনতি ॥ অয়াং কোয়ৌ নোংমতোন্তা ॥ চেংলৌ মিৎপু লংনা পাইখৎখিরে ॥ [৬]কোয়ৌ মথল্মা ॥ [৭]য়াংপল্ অথাপ্পাতা সান্থুপ্খিরে ॥ লাংকোই মাখূৎনেৎতি ॥ [৮]কোয়ৌ লেংলোয়নাপ্পা ॥ য়াংপল লেংতিন্নাপা কাওতি ॥ য়ায়য়া তেন্পাল্লা ॥ [৯]থিংলৌ য়েথারপানিকিনা ॥ [১০]কোয়ৌ নোংতা কাকে কাঙম্তারে ॥ [১১]কোংকোই মিৎসা য়োননা ॥ [১২]তেন্পাল খোকমৈ নেম্না ॥ [১৩]মালেম্ লয়ন্তা হুমথয়ক্লে ॥ মায়ীং থুনপীয়োক ॥ চাখা য়াপিলোক্ ॥ থুনপী মায়েংচীং ॥ তাংকা থনতোময়া ॥ নোংমাই য়েক্মা হৌতা ॥ অতোন্ থোঙলেন কোয়চানা ॥ চীংয়া লয়তোই সারোন য়িননা ॥

---

১ তেন্না পানবগী অবাবহুগা লোয়নবহুনা ২ থম্মোয় মপাদা তেন্না লেংহুনা ৩ অবাং পাংবদা নৈবা কোন্থুংগী লমদা থৌগৎপহ্ন ৪ অবাংবা অতিয়ায়োমদা থবায় কাথয়ে । ৫ মবাম্থুং ইবুংঙো অহল ওইবদি ৬ অতোপ্পা কোন্থুংগী লম নত্তবা অতিয়াগী মাইকৈয়োমদা ৭ অতিয়াগী মকোমদা মনিল ওইনা তিন্নবা ৮ নিঙজয়বা অহুমু য়েথৎলবগী ময়য়া ৯ কোন্থুং মাইকৈ তমগে ঙম-দয়ে ১০ মিৎ-না ওনথৎলহুনা ১১ তেনগী চৈনাথোন্না হেনমমথিবদগী থয়াইগ থাইনয়মদাই ওইহুনা হকচাংনা পাঙ্গল নৈয়কত্রবদা ১২ তেন্না য়াং-লম্বদগী ফেনথনা লাক্লবদা ১৩ লৈবাক্তা হাইথৎমক্লে ॥

পামেল বু-রা খিনলোক্ [১]বাকয়ৈ ত্তোন্কাপা ।। তোংচেং খম্পা খোক্নারম্ ।। খুমন কতাং ন্নায়রপা ।। [২]তরা চেঙচেল্ল ত্তামপা ।। [৩]র ংলৈ ন্নুখোর বাংপ্পা [৪]লেমলৈ চ্চাচন্ নৈতবা । [৫]নোইমু থুমচেন বাংপ্পা ।। [৬]ঙাপা পোংনাই খম্পা ।। চৈরৈ ফিতুং খাউ-রোনুনাপানা সেনকোই লোক ।। খুমন কাইপী খুরামপামপ্পানা ।। [৭]চৈরৈ ফিতুং খাউরোন্নানা ।। [৮]পামেল থরাউনলা লান্চেন্ লোক্ ।। [৯]পান্পা কৈথৌ-রি । কৈরেন্ নুংনন্-রিপু খিংপ্পারম্ ।। মরীং খুনপীলোকতা ল্তুরে ।। [১০]কোরৌ নেংনাংপ্পান্ত কী ।। রিমু রিরাক-সা ।। [১১]লোকলেন মঙান্নাইনা ত্তারকপাপু ।। মরীং হাউপা চাংকাইপা ।। অমু খোইকাইপানা হান্না বুঙমএ ।। [১২]হাওমুপ্পানা লালু কায়এ ।। হাউতোন্পানা লানকায়এ ।। [১৩]হাওখোংতোন্না ল্পুইএ ।। হাওখোংসাংনা সোপোম লান্-থংচানা ।। হাউমুরাপ্পানা লম্খম্ লমলেন্ খমচাইএ ।। খুন্পী

---

১ । রিনাউ মতোম রাংবা হি ২ । চানবা চেঙ লৈরকপা ৩ । থরুন, ঈশিং মুনচিংবগী মতম লোইরবুনা বাংলরুবা ৪ । ঙা চাবুনা লৈথো পুনশিথো তমত্রবা ৫ । থুমনচিংবা চাগদবা পুনসি লোইরকুবা ৬ । ঙা চাক চাগদবা মী পোং লোয়নগদোবা মতম লোইরকুবা ৭ । ফিনা তুংলোমদা খারোন তৌরগা মাঙদা পুন্দুনা ফুরিৎ ওইনা শেন্নবুনা ৮ । উজাউ বাচাউ হৌবা লম ওইবনা রা খজিকুং ঙাংবদা লাউবদা খোনথাং নৈবলম ৯ । শা-কৈ ময়ারা ঈশিং থরুবা লোক ১০ । অবাংবা মী পুনকম কোমুং লমদগী ১১ । মতিক মঙন লৈনা লারুগা তুররিবসিবু ১২ । হাওমুবনা মকোক লোএ ১৩ । হাওখোংতোন্না মকোক পুরকই ।

মায়েংচীংতা ।। মরীং পোংপা মঙামা ।। হাওজি ঙম্কা চিংনা ।। [1]হেম্পা মোমলোই হৌনা ।। [2]থংচি অথতোম-লেন্ ।। [3]সারেন লমতোম মাৎ ।। সংক্লাই মকোক্চেংপু মালোঙ্থন্ ।। [4]মালোঙ নিঙকোম বোংনা ।। সারেন সানৈনা লময়ু চুজিরে হায়তাপারা ।।০।। [5]অসাইঙেক্রি খুরাই লোংচেংপম নাইচা ।। য়েকমা হাওতংলা ।। নমু পোংপাবাচা অজনপানা [6]সেলোই নাক্পাক্মা ।। [7]লংমাই মচৌংসামাতা ।। [8]খোয়মা মিলা মাথেৎকমকি ।। লম্কা হৌনা ।। [9]মিমুং থক মাতাপাপু ।। [10]হৌনাতোন্কা সীপালম্পু মিন্তান্-থয়ক্এ ।। লাপ থুমন্পু ।। মাংতৌ সারম্ লীথিপাপু ।। [11]মাঙ্না তান্ফংলুরাপাতা ।। মরীং পোংপা মঙামানা পাউথুমলম্এ ।। য়েক্মা হাওতংলা ।। নমু পোংপারাচা অতন্পারো ।। তরম্ পোংপা মঙামা০া ।। [12]সারেন সানামুং অসিপু ।। মারীং মি-খোয়কী ।। [13]খাঙলী মাথঙ্সা । [14]নুংপী সানমু স্যানে ।। হায়না পাউথুমখোন্কী ।। য়েক্মা হাওতংলা ।। নমু পোংপারাচা

---

১ মীয়াম হৌরহুন ২ মতপ মতপ লেপ্লহুনা ৩ শদুম মচেৎ মচেৎ মাৎ-লহুনা ৪ চফু (থরুং) মনিঙ কোয়বদা থোংবু ওৎলহুনা। ৫ মথক্তা পনথরবা (হায়থরবা ৬ সেলোই লংমাইচীংগী চীংমায় নাকল অমা ৭ লংমাই চীংগী চীংশা০ নাপোম অমদা ৮ মীনঙমনা লোম্না থুপ্না লৈরুবা মফমদগী ৯ ঊ পয়েং শানা তাহুনা লৈবহু ১০ চয়োৎ মানবা হৌনানা কুংনা হৌবা লমদা ১১ থুনা তায়বদা ফংলবদগী ১২ চাবা হৌনদবা শা অসিবু ১৩ মাচল চন্দুনা মরী (গুর্জী) পান্দুনা থৌনবা শা ১৪ নুংনা নয়বা শা,

অতন্‌পানা [১]য়ারোইখিএ ॥ য়োইপুনাই হাউসি মরীং পনথোঙ-খৈপী ॥ পাখং সংপাই লোন্‌তম্‌পা লৌক্‌ম্‌নানা ॥ [২]নতোম পাংসোয় নীকপী ॥ [৩]নূরা ঙাইখোং সিনস্থূল্‌ক্‌কুম । [৪]নপা হাঙ-লাপীরো ॥ [৫]হন্নু ময়াই কায়পী । [৬]মানলৈ য়িরেং চল্‌লাপীনে ॥ চাউরা মপান্ন য়োই-য়োইনা ॥ খোঙ্‌কাপ্‌ কেপাক্‌ থোক্‌না নংলপীনে ॥ [৮]ফুংকা তীকপী কুরু সুংলাপীনে ॥ [৯]খ্‌কল্‌ নাকলৌ ঙাইরন্‌পী ॥ [১০]খোঙকান্‌ পুকাপ তোয়পু ॥ সমু খ্‌ৎনা সৌরা ॥ [১১]হেম্‌পা চীংশাং নাপোম্‌কা ॥ [১২]লোইপি অরাংকুমলাপীরো ॥ [১৩]নফম্‌লেন্‌পু তান্‌পাতা ফম্‌সিৎনানা ॥ [১৪]চীংলেন পন্‌লংলা অরাংপাকুমলাপী ॥ [১৫]থমনিঙ্‌ চয়সূপু ফান্‌লাপী ॥ ফম্‌রাং অথোক্‌চয়পু ॥ [১৬]চয়সূ পালোইনারাপী । [১৭]ফৌরা য়েলহোই চয়পু ॥ চয়স্‌ পালোইনারপী ॥ ফৌরা য়েলহোয়চয়পু ফান্‌লাপী ॥

---

১ শাউখিএ ২ নথন্তা ( নিপা য়াওদনা ) লৈয়িবী ৩ নূপী ওইবীশিংগী শিগ্নাইফমদা অমথক্তং ওইনা থম্বা হোনবা শিল্ল্‌কুম । ৪ নথম্নতা ঙায়দ্রনা নিপা য়াওদ্রবী ৫ অহল মতম ওইয়বী ৬ ( মপা মপু ) ইপা ইপু পোক-পীগুম য়ায়া অহল ওইয়বীনে ৭ খোঙকাপ নিংথিনা থাংবা ঙমদ্রবী ৮ ফুঙ্গা মৈনাক্তা মৈ য়াইদ্রনা ফমদ্রনতা লৈয়বী ৯ ফম্বদা গ্‌কউনা বাং-খিদ্রনা ঙাক্লৌ ওইবগুম ওইয়বী ১০ খোঙথাং তোয়না কপ্না থাংববু ১১ অচৌবা চীংশাং নাপোম কাগুম্নবী ১২ লোইবী অবাংবা চীংগুম থোক্লবী ১৩ ফমফম অমদগী ফমফম অমা তানবদা ফম্না ফম্না শিৎনা চৎলবী ১৪ অরাংবা চীংজাউগুম থোক্লবী ১৫ ফমফম নাক্তা চয়শূ থম্ববু থাদ্রবী ১৬ চয়শূ লোয়নদ্রনতা লৈয়বী ১৭ ফৌরাদা য়েন্না চাক্তাবদা

[1]কোংম্নাং প্যালোইনানা ॥ [2]পোৎম্নোম নম্ভানরপীরো ॥ নঙ্না সারেল্ ঐকি ফম্তৌ-সা ॥ কোয়ৌ নোংল্যান্পান্কি ॥ য়াম্নয়া ম্বিতেন্চানা কাপ্থপ্যাসিপু ॥ [3]থাঙম্নি য়ৌথৌ সারে ॥ হায়না [4]করিকি মাই-মাই চিন্রোল্লাপানো ॥ হন্মু মানলৈ কারপী ॥ [5]পলেম্ পিথোয় লোন্লাইতম্তাপু ॥ [6]কোঙয়াং লোঙথিকুম্ মতাঙ নাইনা পাউথুমপানো ॥ মোমন্মু য়াবা সিন্পু ॥ মাতিক্ ফংনাহৌরোইএ। [7]চৈরৈ ফিরোল মপুংম্নং ফানহৌরোইএ ॥ মোমন্মু মানলৈ কারপী ॥ নঙপু তাঙচা ম্নেনসম্-নাই ॥ [8]সমলাং ম্নেনপোক্ থোক্লাপী ॥ [9] য়ারেল মথৌ কম্ ॥ [10]খোঙকাং মাঙম্ চিরাপাকি। [11]তেকপি থাচম্পা চাক্চানরপীনে ॥ সুমায় লাং-পান্তা [12]কংলৈ য়াথোকতাপীনে ॥ [13]কম্পী লীতাঙ্মাপু ॥ ফান্চা হৈজরপীনে ॥ হেম্পা থৌপীকম ॥ চীংশাং লাংলোই চৎপসিংনা। [14]মিৎম্নেং সাংনা মিতারপী নঙপু ॥

---

হোইগদোবা চৈবু ১ বাদগা (উথোঙদপা) লোয়নরবী ২ শিরমদাই ওই-রক্লনা শিবগী পোৎম্নোম চেঙক্লেন লোয়নরবী ৩ অথোবা য়োৎকুম চিনফেন ফরে। ৪ করিগী মাই মাই হায়না ভাঙবনো ৫ মমা অমা ওইবগী হৌনবী অচুম্বতা ভাঙলগদবা মতমদবু ৬ রানা শাবা লোঙগী মচীন্না তা থিবগুম ৭ ফি অমগী মপুনসিং য়োররোইএ ৮ নশম ননাম্ন ম্নেন্ য়াঙ-রক্তবা মরমদগী পোক ওইনা হোয়রকবী ৯ হৌরিবা য়াদুগী মথৌম্ন কুম্নক-বদা ১০ খোঙকাপকী খোঙথাং য়োঙমদ্রবদগী ১১ শা ওকনচিংবা ফাওবা চমফুৎ ওইনা চাজনিঙলবী ১২ মীয়াম তিনবদা য়াওঙমদ্রবীনে ১৩ কখীদা থল্লা হাপ্লবা পোৎকী তঙথাইমাফাওবা ১৪ মী অয়াম্বনা নঙোন্দদা ম্নেংনরবী

[1]কয়িকি খাংজী ম্নাখোসাপু [২]পকাপানো ॥ নুংপী সানম্‌-সা ॥ সারেল ফুপাক-সাপু নংতে ॥ [২]ৱায়ৱা নংকী ভেন্‌পান্‌সানে ॥ [৩]কোৱৌ নোংনাংপানকি ॥ [৪]খৌপি লৈমচা ॥ তাউহুইৱেং অহন্‌-পাকী ॥ লাংকোই মখূৎনেৎনা ॥ [৫]মায়িম মরীং খুনপিলোকতা লৃতূরৈএ ॥ মরীং হাউপা চাংকাইপানা ৱূৱকএ ॥ [৬]হাউমুপানা লাংফংএ ॥ [৭]হাউতোনপানা লান্‌চাইএ ॥ হাউখোংতোন্‌না লৃপুইএ ॥ [৮]হাউখোঙসাংনা সৌপোন য়াইরেন থাচৈএ ॥ মরীং হাউমুলাপানা ॥ [৯]লাম্‌খম্‌ খম্‌লেন্‌ খমচৈএ ॥ মরীং পোংপা মঙামানা ॥ সাবেন শানৈএ ॥০॥

য়োইময়াই তাউতন্‌পা মসাপী ॥ তাউহুইৱেং অহন্‌পাকি ॥ লাংকোই মাখূৎনেৎনে ॥ পোংপারাচা ঐকি য়িতেননা পান্‌পনে। হায়না পাউতাক্‌লাপাতা ॥ খুৱাই নোংচেংপম নাইচা ॥ য়েকমা হাউতংলা ॥ নমু পোংপারাচা অতন্‌পানা পাউমেনখিএ ॥০॥

হে মরীং পোংপা মঙামারো ॥ [১০]লোইপি য়িপাঙাই ॥

---

১। কয়িগীদমক খাংলিনা থুপকি কিবগুম ওইদবনা অথৌবা শাহুনা ঙাংব-হুবু ঙাঙঙৄরগবনো। ২। নঙনা কাঙ্গদা পাল্লকপা শা অহুমক্লি। ৩। অৱাংবা মফম ওইবা কংলা কোন্নুংগী ৪। মীযাম পূম্ববু মথৌ মঙম পিহুনা ৱারক ৱাতেম্লিবা নিংথৌগী লৈমগী মচা ইবুংঙো ৫। মরীং খুনবীরোক্তা ৬। হাউমুবনা শা অদু ফংলকপনি (থেংনরকপনি) ৭। হাউতোনবনা লাঙ্‌-বদা উরকপনি। ৮। হাউখোংশাংনা শৌবোন য়াই থাভথিবনি (ফাননঘা য়াই ওইবা লাং শেম্বনি) ৯। লামহুনা মশা ফাননবা হোৎনথিবনি। ১০। চৌংদা লৈবা ইপাগা ঙাই ওইবা

[১]খুনগী মচিং খঙ্না তাপা ॥ [২]কাংভোইলম্ লোইহাত্তাপা ॥ মরীং নখোয়না ॥ সারেন সাচা-নপা ॥ ঋাংলৈ য়ুলৈনপা অসিপু ॥ [৩]রায়রা ঐকি য়িপান-সাত্তানে ॥ তাউহুইরেং অহন্পা ॥ [৪]রায়রা ঐকি তেন্-রাইখিপাপু ॥ [৫]মরীং খুনপী মায়েংচীংতা লূতুরে ॥ [৬]হেমপা নঙখোয়কী খাংচেংমাঙতা ॥ [৭]য়োইপু য়োমলোই হো। [৮]নুরা য়োন্তম্ পৈনা ॥ সারেন সানৈনারে ॥ তৌয়িকুম সারেন [৯]ঐকি ফমহৌসানে ॥ তাউহুইরেং অহনপাকী [১০]তাঙচা লু-রেনতোনকা ॥ রায়রা ঐকী ॥ ইতেন্নাকাতি হলরাইপিরো ॥ সারেন সানৈপাতি ॥ [১১]রোইরোইরোইএ হায়না পাউমেনপাপু ॥ [১২]মরীং পোংপা মঙামানা ॥ রায়রা মতেনচাসুং হলরাইপিতে ॥ [১৩]লাংকোই তাঙচা লুরেনতোনসুং ॥ পীরক্তারপানিকিনা খুরাই নোংচেংপম নাইচা ॥ য়েকমা হাউতংলা ॥ নমু পোংপারাচা অতন্পানা [১৪]মরীং খুন্পীলোক্তাকী হল্রাইরকএ ॥ থৌপি লৈমচা ॥ তাউহুইরেং অহন্পাতি ॥

---

১। খুনগী মী অয়াম্বা মতিক মগুণ খঙননা পানবা ২। কোন্নুংলোমদা লোই হাবা লৈত্রবা কাংঙোই কোবা লম ৩। ঐগী তেনমক্লা পানথরবা শা অহুমক্লি। ৪। ঐগী তেনমক্লা পানথরববু ৫। মরীং খুনবী অসিগী য়ংচীংদা তুহুনা লৈথরববু ৬। চীংমী ওইবা নখোয়গী লাইমাঙমক্তদা ৭। নহা অহল পুম্বা হৌহুনা ৮। নুপী অঙাং পুম্নমক তিন্না লৈরবদা ৯। ঐনা অহানবা থেংনহুনা তেনবানথরবা শানি। ১০। মকোকমক্তদা ১১। তৌমিবহ্ অচুম্বা নক্তে হায়রুববু ১২। মরীং খুনগী মকোক ওই— মঙামক্লা ১৩। শগোলহুগী মকোক অহুস্থ ১৪। মরীং খুনবীলোক্তগী হল্লকলে।

[৩]সোয়খোঙ পরয়নানা ।। ৰূরা নোংসাপা মৈন্থুং।। কোয়ৌ মাখল্মা।। [২]ঝাংপল মরোল্মাতা সান্থুপ্খিরে।। লাংকোই মাখূৎনেৎ [৩]কোয়ৌ নোংসাকোন অপাইপাতি।। [৪]মরীং খুনপি-লোক্তা লূতুরে। ০।।

---

(৩)

নোংপোক তৌরিং লৈমচা।। কোয়ৌ নোংপূ খোন্পি।। মালেম লয়পু লূমপী।। [১]লয়কু লয়্রায়্ পান্কা।। নিংথৌচম্মু সনা লিনকোইকী।। য়োইময়াই তাউতনপা।। তাউহুইরেং অহন্পা।। থপী সেনকোয়রেন অপানপা।। মালেম লাঙচাখৈ অখৈপা।। সনা খোম্মাতোন অতোনপা।। মালেম্ মানাতি।। [২]কংলৈপুংপু লূরাক্নানা নোংসাপা মৈতি।। য়েকমা হাউতংলা।। নমু পোং-পারাচা অতন্পাকী।। ঝায়রা মতেনচা।। নারা খোইচু তেন।। [৩]হংঙোই তাইখাঙলীপু সোঙকিরপাকী।।

---

১। তম্পাক য়ুমদা খোংদারুবনা ২। নিংথৌতন। লৈনবা মফম অমদা ৩। অয়াঙবা শগোলদি ৪। মরীং খুনবীলোক্তা তুহ্না লৈরে।

(৩)

১। লয়কূ লহুরায়দা লৈরিঙৈগী ২। কংলা কোন্নুংদ, মতিক মগুণ লৈনা মী অয়াম্বু হনথনা য়েংহ্না পানবা নিংথৌদি _৩। হং পানবা লীরুং তেনবু কিখিবদগী।

[১]তুপি ময়ানুং। [২]লাইরেন মাকোন্নুংত সা'নথুপখিবে ॥ লোইরেন খুন্পীলোকতা॥ [৩]লয়মূয়োল মঙামা। [৪]লয়হৌরোল ঙরুকমাপু মাতৈনানা॥ লাইরেল তাউরোইনাই। তুপি থিংকোক লাই-রেম্মানা॥ য়োইময়াই তাউতন্পা [৫]তুপি মৈকোন্ফাপাপু সান্থুপখিএ॥ য়োইময়াই তাউতনপাতি॥ [৬]লাইরেন তাউ-রোইকা॥ [৭]তাউপা মহুইরোইনাকা অহুম্মাতি॥ থপী সেন-কোয়রেংকা॥ [৮]মালেম লয়্খন্ কান্না॥ [৯]নোংসামন্নারে॥ তাউতন্পা সনা খোম্মাতোন্তি॥ তুপি ময়ানুং॥ লাইরেন মাকোন্নুংতাপু সাথুপ্মিন্নারপানিকিনা॥ [১০]পোইরৈ চিন্তুম চিন্ [১১]ঙাঙম্ মম্তুম মম্লে॥ [১২]থাঙভা মমতুম্ মমসিল্লক্-লে॥ [১৩]থৱান নারল্ পাইরে॥ পোইরৈ মী-সন [১৪]লৌকুমতা॥

১। নিংথৌ নঙনা লাইরেল্লা মচিন্-ময়া লোতুনা মখুন্দা লৈবগুম ২। নিংথৌ নগাক্লা অচীকপা অবোনবা মফমদা লোল্লা থ্পা লৈথরে ৩। মোইরাংগী থোয়য়া ৫ মক্কী লমদা ৪। মৈতৈগী লম ওইবা য়েক ৬ না খুন্দাবা লম্বু ভুংওইননা হুন্দোল্লমদুনা ৫। পূকচেল তপ্পা ঈংনা লৈবাক প্রজাম্বু লাঙ্গোনগদবা (ৱায়েনগদবা) নহাক্লা থ্প্তুনা লৈথরে। ৬। নিংথৌ নঙগা লোয়নবগা ৭। থবক পুমিন্নবগা ৮। লমদম অতোপ্পা য়েংনা চৎথিদুনা ৯। নঙাল চাউনা লৈমিন্নরে। ১০। কংলৈ লমদা মথোঙ মবম খঙদনা পানবদগী পোৎলাক চৈরাক্কী মখুত্তগী কন্নবা হোৎনবদা ৱাই চিন্না লৈবা ১১। নিংথৌ-কোন্দা অফবা নিঙথিবা মফম ওইরম্বদু ওইথিদরে ১২। থুঙ্গং লৈকংশিংদস্থ অফবা ওইরকত্রে। ১৩। থৱানথাদা তীল. কাঙ ময়াম্না পাইথোরকপংগুম [illegible] থোরক। ১৪। [illegible] ওইবা কনাগুম্বস্থ [illegible]মদি শনস্থ লৌ বুরদদুনা

[১]মীনায় লৌভাতা । [২]সিঙ্‌চা ৱাইকোইত্তা ॥ [৩]য়েলাং থৌচং-তারে ॥ [৪]তুপু লম্‌পু মসেল ॥ [৫]তরেৎ লাইকম্‌ মসেল ॥ [৬]না-রোল সিঙলোন্‌নারে ॥ [৭]পোইরৈ থাঙভা মম্‌হৌশিল্‌লাপাকি-তামক্‌পু । লৈমা তরামানা থৌগিরকএ ॥ নিংথৌ পোংপা তরামানা থৌচংলক্‌এ ॥ য়োইমম্বাই ভাউতন্‌পাপু ॥ কত্তাম্‌লম্‌ সন্‌পূপখিরাপানো হায়না ॥ মার ম্বাখোঙখুনপু থিরকপাপু ॥ [৮]হপী থিখঙ্‌তেএ ॥ নিংথৌ পোংপা তরামাকা ॥ [৯]মাল্লেম চীং-পুলোইনা ॥ অঙানপা মুমিং খোম্‌মাতোন্‌পু ম্বিন্‌তাল্‌লক্‌পাতা ॥ [১০]হাইকু লোক্‌মপী ॥ [১১]হাইচেল লৌতাপীতা পাউহংখিএ ॥ হে খোয়নৌ ম্বিতা ॥ [১২]হাইচেল লৌতাপিরো ॥ লমলেন খুন্‌-পিলোক্‌তা ॥ [১৩]লোকলেন মঙান্‌নাইপা অসিপু ॥ করি মৈনো ॥ [১৪]তুপু লমপু মৈরা ॥ তরেৎ লাইকম্‌ মৈরা ।

---

১। মীনায় মীশন ওইবশিংস্থ লৌদা চত্তহনা ২। শীংয়ানবশিংস্থ চীংদা শীংয়ান উয়ান চৎনদহনা ৩। লম্বাংদা য়েনশাং থিবা চৎপীশিংস্থ চত্তরে। ৪। লম লমগী মকোক ওইবশিং ৫। শেলথুম ময়াং ক্যয়বশিংস্থ। ৬। উমং ৱামংদা চত্তুনা লোৎনরে। ৭। কোন্নুংদদা নত্তনা লৈকাই খুঙ্গং পূম্বস্থ লয়তানা পানবা ঙম্বরক্তবা মরমদগী ৮। নিংথৌ থিবা ফংদ্রে। ৯। চীং তমগী মকোক ওইবশিংমথৈ পূল্লহনা ১০। লৌ কমসি হায়হনা খুৎলং চৎনবী ১১। খুৎলং চৎনবী লৌতাবী নুপীশিংদা ১২। খুৎলং চৎনবী লৌতাবীশিংও! ১৩। অমবা লোক্তা মুমিং মঙাল মৈরগা ঙান-বগুম মফম অসিদা ঙানথোইরিবা অসিবু ( মৈরিবা অসিবু ) ১৪। লম-তূদা পঙচাক চাকপা মৈগুম্বা।

[1]হেমপা পামলৌ মৈরা ।। পুচেং কোকপা মৈরা ।। লাংচেং খোন্পা মৈরা ।। [2]থংচি রুপি তোরা মৈরা ।। হেম্পা চীংসাং মৈরা ।। [3]লোইপি চীংয়া হুন্না মৈরা । [4]শতু তেক্চাক্ মৈরা [5]িঙ্কন্ নোংফাই মৈরা ।। লমলেন খোন্চাক্ মৈরা ।। হায়না পাউহংপাপু ।। মতা হায়চেল লৌতাপীনা ।। হোয়তা হে খোয়নৌ য়িতা ।। হাইকু লৌকুমপীরো ।। [6]করিকি তুপু মৈপু রোইরুকাপ-নো ।। [7]তুপু লমপু মৈ ।। [8]তরেৎ লাইকম্ মৈ ।। [9]হেমপা চীং-সাং হুন্না-মৈ ।। [10]সতু তেকচাক মৈ ।। [11]লংলেন খোনচাক্ মৈপু রোইরুকাপানো ।।নৎতেএ হে য়িতা । লোইনাই অপাম-পীরো ।। য়োইময়াই লাইরেল তাউভন্পা ।। মসাপী তাউহুইরেং অহন্পাপু ।। খুরাই নোংচেংপম নাইচা ।। য়েক্মা হাউতংলা ।। নমু পোংপারাচা অতন্পাকী ।। নারা খোইচূ মতেনচানা চয়পীরে ।। লাংকোই মথূৎনেৎতি [12]মারীং খুনপীলোক্তা লুতুরে ।। মসাপী লাংলেন কোংয়াং রাপীহল ।। তাউহুইরেং অহন্পাতি ।।

---

১। পামলোদা চাকপা মৈগুম্বরা ২। উ থাংচিনা ওইবা উপী শীংগী মৈরা ৩। চীংয়াদা চাকচবা মৈরা ৪। নাপী শিঙবী পঙচাক চাকপা মৈরা ৫। নোংলেল্লবা শীং অকনবা ( উরুগুম্বগী ) না পঙচাক চাকপা মৈরা ৬। লমতুদা পঙচাক চাকপা মৈবু করিগী ওইরুগদগে ৭। লমতুদা পঙচাক চাকপা মৈ ৮। মচু তরেৎ থোকপা মৈ ৯। চীং মান্দা পঙচাক চাকপা মৈ ১০। নাপী শীংবীবু পঙচাক চাকপা মৈ ১১। লমজাউ খোন্না চাকপা মৈদি করিগী ওইগদগে ১২। মরীং খুন্দা ভুহ্না ভাহ্না লৈরে।

[১]কোরৌ মাখল্‌মাতা য়াংকোইখিএ ॥ মসানৌ য়োইময়াই তাউ-তনপা । তাউরোইনাই অঙানপা ॥ মুমিৎ সনা খোমমাতোন অতোনপাতি ॥ খুৱাই নোংচেংপম নাইচাকী ॥ নাৱা খোইচু মতেনচাকী । [২]তেন্‌প্যানখোনপু সোঙকিরাপাকী সান্‌থুপখিরে ॥ [৩]য়োংক্যাপু তেনপু সোঙকিরাপাকীতামক ॥ লোইরেন খুনপী-লোক্তা ॥ তুপি ময়ামুং ॥ লাইরেন মকোনমুংতা সানথুপখিরে ॥ [৪]অঙানপা কোরৌ নোংসামৈনে হায়না ॥ হাইকু লৌকুমপীতা । [৫]হাইচেল লৌতাপীনা পাউতাকখোনপু ॥ নিংথৌ পোংপা তরা-মাতা ॥ [৬]থিংলৌ নিঙনা তেনা হলরাইরকলে ॥ য়োইময়াই তাউ-তনপাপু পাউথেমনাপ্যা ॥ লৈমা তরামানা থৌরাঙখিরে ॥ [৭]নিং-থৌ পোংপা তরামানা ঙম্‌তম্‌খিরে ॥ [৮]চক্‌পা লমলাং অমাইপী ॥ [৯]খোমলেন্‌ মঙ্‌তম্‌ মঙ্‌চঙ্‌ থৌপী ।

---

১ । অতোপ্পা মফম অমদা লৈথরে । ২ । তেন কাপ্পকথিবা পাউ অহু তাবদগী কিমনথিহ্‌না লোৎথরে ৩ । য়োংদা কাপকদবা (শোয়কফদবা) তেনহু কিবদগী ৪ । কংলাদা পাল্লবা মতিক মগুন লৈবা নিংথৌ অহুনি হায়না । ৫ । থ্‌ৎলং চৎনহুন লৌতাবীশিংনা তাক্লকপা ৱাফম অহু ৬ । য়াম্না চনিঙ তানা থন্নরহুনা হল্লকলে । ৭ । নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা (মন্ত্রি =ডিভিজন খুদিংগী মকোক ওইবা) তরামক্লা মানা মানা ঙমগদবা মথৌ মগুম অহু কাইথোক্লরে । ৮ । চক্‌পা নিংঙোল ওইবীনা ওইথিবী অমাইবী ৯ । মঙদা হাদা তৌবগুম (ওইবগুম) উদবা থঙদবা ৱাফমদা চুম্না ঙাঙ-থোকপদা থৌনা ফবী ।

[1]মণ্ডথি মণ্ডলাং চুমপা নণ্ডদি ।। য়োইশ্নাই তাউন্তনপাপু পাউ-কৌরুম্নো ।। পোইরৈ চিনতুম চিপলে ।। ম্নাংঙম মংতুম মংলে । তুপি ময়ানুং ।। লাইরেন মাকোলশুংতাকিপু ।। কারকরো হায়না পাউথেমথংলুরো থৌশিথিএ হায়ন্তাপারা ।৩। চকপা লমলং অমাইপীনা [2]ফিরোম্ন মণ্ডতারুক্তা ।। [3]মন্তাপোং চাক্তং সেৎখিরে । ফিরোম্ন মণ্ডতারুক ।। ঙাইথোং তেনতা পাউহোকক ।। [4]তাংখুৎ কাউস্রুন ঙমনারুক । সিঙ্গিৎ লাংমিৎ অথোপা ফানা লুক । মযুং খোমওনলুক্তো । চাংদৌ লায়োন ঙাইপিং-মৈ ।। [5]মরী খোম্কা হান্ ।। [6]সিং-সিং লা-কা-য়োম ।। তরূ চেঙ মচং ফা-হাপ্না ।। [7]মরোম্ন য়িনোম্ন মুকাপ্না ।। ফিমু লম্নরুম সীনা ।। [8]খোমল্লেন মণ্ডচণ্ডখিরে ।। চক্পা লমশাং অমাইপীনা ।। মানপী খুত্তপ্নানা ।। [9]মুকমু লৈতোল কোন্না পাউথেম্খিএ ।। য়োইময়াই তাউতনপা ।। নোংপোক লাইরম হৌ ।। কাংকম্ নিংথৌ চনুনা [10]পলেম্ন পিথাং সিন্না নাউয়োক মৈ ।। নপল অরাং কোরৌ নোংপু খোনপী ।। মালেম লম্নপু লুমপী য়ায়েংফপী ।। থৌপী লৈমা হুইমু লৈম সাফপী ।। পায়মা সনা লিনকোম্নকী ।

---

১। উববা খণ্ডদবধু অউবণ্ডম্না চুম্না ঙাঙবী নহাক্তি ২। মফম খণ্ডদবা লমদা চংনবা ফিজেংকা লোয়ননা ৩। লমতু খণ্ডদবা মফমদা চংপদা চান্ন থরুবা য়াঙনা পূন্নহুনা শেংকদবা ফিরোল শেংখন্নে। ৪। মতাং ব্বা পয়ানা শাবা লুক (পাই) ৫। য়ান্দুনা পুংননবা মরী পাল্লহুনা ৬। শিং-লা-দা য়োম্নহুনা ৭। মরোই মপাং খুম্নচিংবা হাপ্নহুনা ৮। খণ্ডদবা মফমদা চংখরে। ৯। কলমগী মচীন্না লুকথবণ্ডম য়াম্না নোনজনা লৈশি লৈথোনবা রাইনা হায়রকথি। ১০। মমা অপোকপী নণ্ডনা মমাগী মহুং শিন্দুনা য়োক্লরুবা নিংথৌ (মৈ)।

[১]নুংমুথক্‌তা নাউনৌপা। [২]হে নমুরাচ অহেন্‌পা।। [৩]নুংঙৌ-থক্‌তা খোয়রেনপা ।। নুংঙারাচা অরংপা।। [৪]শাইচা য়িঙৌথক্তা মিংছন্‌পা ॥ [৫]লাংলেন কোংয়াং রাতোন্‌থক্‌তা ॥ মিংনাইপা চমুনা ॥ [৬]লম থাঙচৌনা খোয়রেনপা ।। সনা খোম্‌মাতোন অতোনপা ।। নঙপু তুপি ময়ানুং ।। লাইরেন মকোননুংতাপু [৭]কতৌপা সান্‌থূপ্‌লিপানো ।। [৮]নপোইরৈ চিনতুম চিন্‌ ।। [৯]নরাঙম মংতুম মং ॥ [১০]থাঙঙা মম্‌না সীরে । [১১]পোইরৈ মীসন্‌ লৌক্‌মতা ।। মী-নায় পৌতাতা ।। [১২]সিঙ্‌চা রাইকোয়তা ।। [১৩]য়েনলাং থৌচৎ-তন । [১৪]অঙানপা নঙপু ঙাইথমলিএ ।। তুপি নয়ানুং ।। [১৫]লাই-রেন নকোননুংতাকিপু লমহৌরকরো ॥ হায়না মান্‌পি থূতপ্‌নানা ॥ ম্‌কম্‌ লৈতোন কোন্‌না পাউথেমপাপু ।। [১৬]য়োইময়াই তাউ-তন্‌পানা রাকন্‌ঙমএ । [১৭]অঙানপানা থেংকোই নীক্‌ঙাম্‌এ ||০।

---

১। অচৌবা ইমুংদা পোকলবা ২। হে মী মরক্তগী অহেনবা ৩। অচৌ অশাং কোন্দা খোয়রিন করকপা ৪। অচৌ-অশাং ময়াম চঙদুনা মিং-থোম্লকপা ৫। অচৌবা ওইদুনসু নোম্না লুক্না চৎপা শাজৎনা ৬। লম থাংজৌ কৌবা নাপীনা খোয়রিন লেল্লকপা ৭। করিগীদমক লোৎপিরী-বনো ৮। কংলা নরৈবাক্তদি লৈফম চাফম থঙনদ্রবদা ৯। নিংথৌকোনসে অফবা মফম ওইদরে ১০। খুঙ্গংপুম্বা লৈফম চাফম থঙনদরে ১১। পোইরৈ নমদা তাবশিংনা লৌউ শিংউ কুম্নদা ১২। শীঙ য়ানবা চৎনদা ১৩। য়েন-শাং নাপী হেকপা চৎনদনা ১৪। নিংথৌ নংবু ঙাইনরিএ ১৫। হে নিংথৌরেন্স নঙনা লোৎলিবা মফমদগী লেঙলকলো ১৬। নিংথৌনা রাহুদা থৈদোক্লমী। ১৭। নিংথৌনা রাহু থরাইননা তৌরমমে।

নোংপোক ভৌরিং লৈমচানা। য়িভাইরেম ॥ চকপা লমলাং অমাইপিরো লহাল য়িপল খোইমোম লাইরেমমা [১]কোরৌ নোংমাই হন্পী ॥ মালেম লম্পু লুমপীনা॥ য়িসাপী অমা হান্না সাৎপাতি॥ থাঙয়িকুম চিৎসাৎনরে॥ [২]য়িসাপী অমা কোন্না সাৎপাতি। [৩]কান্নরৈ য়েরুমকুম পোমকংনরে॥ য়িসাপী অমা কোন্না সাৎপাতি॥ সনা খোম্মাতোন। মুমিৎ কাইতে ঙমপারো কৌএ॥ মানা হুক্মন্ হামন্পা য়াংমন্পানিকিনা॥ [৪]খোংনাং কাউচাউ সরাল্ত্না। চঙনা য়িমু থকয়োৎননা নোংমলএ॥ তাঙচা মাসম্তোনপু॥ [৫]ল্যাখোক লাতোনপুংপু লৈপু রোইখিএ॥ নাকলু মোইফাংতোন্না। [৬]থাঙসা মম্নি নাইপাপু সানরোনখিএ॥ য়ারেল খোংচিতোননা। [৭]লিকোল সান্না মান্পাপু রোইখিএ॥ য়িসাপী তাউহুইরেং অহন্পা। [৮]চৈরৈ নাউহোংহন॥ সনা খোম্মাহন্॥ লাংলেন কোংয়াং রাপিহল্ল চীংপল খোমরোল অঙন্লা সাৎফবা॥ তাউহুইরেং অহন্পাসুং খুরাই নোংচেংপম নাইচা॥ য়েকমা হাওতংলা॥ নমু পোংপারাচা অতন্পানা॥ নারা খোইচু তেন্কা সানা॥ [৯]য়োংকাপ তেন্না চম্পীরে॥

---

১। কংলা কোন্নুংদা অবাংবা ওইহুনা লৈমশিংগী মকোক ওইবা খ্বাইগী অহনগী ফমৈব ফমী ২। ইয়াম্মুং অমা থরা কোন্না পোকপদি ৩। য়েরুম্না য়েনমচা ওনবা ওমদনা কংবওম কংথরে। ৪। ময়াং লৈবাক্না শাবা তেকথাউরু অচৌবগী নূদা ৫। মখোক্না লফু-লাওম শাংলগা লাংগী মপানওন্না ইপুং পুংবা লৈ ৬। থাঙনা য়ানবদা ময়ি লৈবওম লৈহুনা মোইবুং ওইখি ৭। লিককোল ওইখি ৮। ময়ামুং অহন ওইবা। ৯। য়োংনচিংবদা কাপকদবা তেন্না কাপীরে।

লাংকোই মাখ্‌থনেৎতি ।। মারীং খুন্‌পীপোকতা ।। [১]লোকলেন্ মঙান্ নাইনা ল্‌তুরে ।। মিসাপী তাউহুইরেং অহন্‌পা ।। [২]সোয়-খোঙ পয়ন্‌ ন্‌না ঙান্‌পা মৈকুমপাতি ।। [৩]তু:রল নম্‌সাঙ সিৎনা ঙান্‌নাপা ৈতি ।। [৪]অরাং কোরৌ নোংলোন্‌থক্‌তা ।। [৫]রাং-পল মারোলখাতা ।। মাতোম্‌ মাংকোইখিরে ।। চক্‌পা লমলাং অমাইপিরো ! [৬]মুমিৎ ঐতি ইতোম হলরাই ঙমলোইএ ।। [৭]নারা খোইচু তেন্‌পু সোঙ্‌কিএ লাংলেন কোঙয়াং রাসালী ।। হংঙোই তাউকাপ্‌লীপু সোঙ্‌কিএ ।। [৮]নয়ু ঐতি ।। [৯]তাইপং রোনতেররোইএ ।। [১০]কোরৌ নোংনাংপান্‌তাম্নুং কাররোইএ ।। তুপি ময়ানুং । [১১]লাইরেল মিকোননুংতাপু মাংকোইরাকে ।। হায়না পাউখুংখিএ ।।

---

১। অমম্বা লোকুম্বা মী য়ায়া তাদবা লমদ: নিংথৌ মানা মতিক মঙান চাউনা তুররে। ২। নুমিদাংদা থবক থোরম থোদাবা নিংথৌদি ৩। পারী পুরীদগী হোনা নিংথৌ ওইবিহুনা মতিক মঙণ উৎপিরকপা নিংথৌদি ৪। অতোপ্পা লমদম অমদা (নিংথোনা তুবা মফমবু কংলাঙম অরাংবা ওইনা লৌহুনা হায়বনি) ৫। অতোপ্পা নিংথৌনা তুবা য়াবা মফম অমদা ৬। নিংথৌ ওইরম্বা ঐসে হনবা ঙয়রোই ৭। অনৌবা কনম গী মরী পান্দুনা কাপ্পা তেন্দু নিংশিংবদা তু চুংনা কিদৈ। ৮। নপু ওইবা ঐদি ৯। মীওই মপোক ওইনবু হল লক্ররোইএ। ১০। মীয়াম তিনকম ওইবা কংলা লৈবাক্তম্‌ কাজররোই। ১১। ঐনা লৈরিবা মীয়াম্না খণ্ডবিদ্রবা লমসিদা অহুম লৈরগে।

[১]অসৈ রাংপিরাইনা থোৌখাম্জম্এ ॥০॥ চক্পা লমলাং অমাই-পীনা পাউথেম্চাপাপু । [২]য়োইময়াই লাইরেল তাউত্তন্পানা হোয়য়াপিতে ॥ চকপা লমলাং অমাইপীনা ॥ খোমলেন ম্রিকপ্ থোক্লক্লাপাতা ॥ [৩]নিংথৌ প্োংপা তরামাতা পাউতমখিএ ॥০॥ নিংথৌ পে'ংপা তরামাত্রো ॥ য়োইময়াই তাউত্তন্পা ॥ সনা সেনকোইরেন অংপান্পাত্তি । তুপি ময়ামুং ॥ লাইরেল মাকোন-মুংতা [৪]মালেম লয়্খন্ ঙান্না নোংসাঙম্এ ॥০॥ নতাইরেম ঐনা ॥ [৫]মান্গী খূতপ্না ॥ [৬]মূকমু কৈতোন কোন্না পাউ-থেম্পাপু ॥ [৭]তাউরোইনাই অঙান্পানা রাকন্ঙ'ম্এ ॥০॥ লহাননোং ॥ নাব্রা খোইচূ তেন্কা সা ॥ য়োংকাপ তেন্পু সোঙকিএ । লাংলেন কোঙয়াং রাসালী ॥ হংঙোই তাউকাপলীপু সোঙকিএ হায়ঙম্এ । [৮]কোরৌ নোংলানপান্তামুং কাররোইএ ॥ ন্নমিৎ ইতোম্মামুং॥ [৯]করম্ পালূল'সিপানো ॥ থপী ইতোম্মানা ॥

---

১। মোইরাং কোনুংগী নিংথৌকোনগী অশৈবীশিংনা খামজরম্মী । ২। কং-লাগী মপু ওইবা নিংথৌনা য়াবিখিদে। ৩। থবক্কী মকোক ওইনা পুবা (মন্ত্রী) তরাগী মফমদা পাউ তমখিএ। ৪। অতোপ্পা মফম ওইরবা লম অদুদা মতিক মঙল চাউনা ৫। শন্না খুরু খুদক কুনথবা অদুগুম্না ৬। নোক্র রাইনা হায়জরবদা ৭। নিংথৌনা রা অদু চৎলোইদৌবগী কনথোক্লম্মী ৮। অচৌবা মীয়াম নৈফম ওইবা কংলাদা কাররোই ৯। মতৌ কররবু পাল্লূসিবনো।

[1]করম ম্লেপ্‌ঙম্‌সিপানো ।। থপী ঐতি লেপ্‌ঙম্‌লারোইএ হায়না রাকন্‌ঙম্‌এ ।। লাইরেল তাউরোইনাই ।। অসৈ রাংপিরাইনা ।। তুপি মৈনা কোন্না ।। থৌখাম্‌ঙামএ হায়না পাউমেন্‌পাপু ।। [2]নিংথৌ পোংপা তরামানা রা তাথিখিএ ।।০।।

১। মতৌ করম্নবু লৈরুসিবনো ২। অঙম্বা তম্রামক্লা (মন্ত্রি তম্নানা) হায়বকপা রাহ্‌ তাবদা য়াম্না নুংঙাইনখিদরে।

---

(৪)

[1]তৌম্নিকিতি ।। [2]তুপি ঙাংয়েক চনু ।। [3]তংকামুপী ফুয়তিংরাক্‌ ।। [4]কোয়ৌ নোংমাইহন্‌পী ।। [5]মালেম্‌ নোংমাই হন্‌পীরো ।। নপল্‌ লাইরেল তাউরোইনাইপু ।। প্রাউথেমলুরো হায়না থৌনেকখি-পাতা ।। তুপি ঙাংয়েক চনু ।।

(৪)

১। অসুম তৌনা তৌনা ২। শাগৈ ৩ বু শ্‌পনা লাকশিন্দুনা পানবা (রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি, অর্থনিতি) ৩ মকপু য়েংশিনবিবা নিংথৌগী শাগৈদা পোক্লবী ৩। তেংবানবগী মমা ওইবী লাইরেম্বীনা শাইওন তৌহ্‌না পোক-লক্লবী মীয়াম্না মাগী মরমদা শৈথানরবী ৪। অচৌবা অরাংবাকোন্দা মতিক মঙ্গল লৈনা য়াথং হীকহায়ননা পাল্লিবী ৫। নুপী ওইবীশিংগীম মকোক ওইহ্‌না য়াথং থৌদাবী ওইরিবীও।

[১]তৌরা নোংহংলেংপী ॥ [২]ভৌচেংফা সনা হায়রপী ॥ [৩]খু়ঙ্গান ফুয়ভিং লৌপীনা পাউখুম্লক্এ ॥০॥ মিংথৌ পোংপা ভরা-মারো ॥ নপোইরৈনা চিন্তুম চিন ॥ নরাংঙম মংতুম মংপা অসিপু ॥ থৌপী লৈম্চা ॥ ল্যাইরেন সাফপাপু ॥ তুপি ময়ান্নুং ॥ লাইরেল মকোনমুংকিপু ॥ ঐনা পাউথেমলুকে ।. য়িপল লাইরেল ভাউ-রোইনাইপু ॥ [৪]পুনেম্নাপা ফিরোই মঙ্তাল্কতা । [৫]চাংলৌ লারোন ঙাইথিংরৈ ॥ সিং সিং লাকায়োম ॥ চেঙ্ঙৌ ফাহাপ্না ॥ কায়রৈ [৬]য়েনলুম কাংখিন্না ॥ [৭]নোইনু কাকুপ্নানা ॥ হাউফি ফিমু লৈরূম সিপিরো ॥ য়িপল লাইরেল ভাউরোইনাইপু ॥ পাউথেম্নাপা ॥ [৮]মচেং পাউভাক য়েনপু ভয়্না সেম্রো ॥৫॥ [৯]অঙানপা সুমিৎ সনা পুরুময়েন ॥ [১০]মচেঙ্গ কায়রৈ নোংতম-য়েনপু ॥ [১১]য়েনপা খুরৌ থাংপিরো ॥ [১২]সুকী সুরম ভাপী ॥

---

১। কংলা লমদা হুপী ওইবিশিংগী অচুম অয়ান নোংদম তথী ওইহুনা লৈররী ২। থবক থৌরম খুদিংদা কুপ্পা রাথল চনিং তানা থল্লগা য়াথং হায়-দোকপী ৩। মতম পূন্নমক্তা পুক্লিং অশেংবগা রাথল নিঙথিবগী রাহৈ রাতাদনা শৈশক ওইবী ৪। খুরুম থাজঙবদা চঙ্গদবা ফিরোইশিংবু ময়োম য়োম্বগী মনুংদা ৫। লফু-লা-না মরোল মরোল লোন্না খুম্নহুনা ৬। য়েরুম্না মথক্তা খিল্লহুনা ৭। থুম মপাক অনি উপশিন্নরহুনা ৮। মতমগী পুংজা নাইনা খোংহুনা মতম ভাকপা য়েন্না থোংগুন্না থোংবা খুৎলাইহু খেম-জিল্লো। ৯। নিংথৌগী য়াকাইরোল ভাকপদা শীজিন্নবা খুৎলাইবু। ১০। থোংননবা খুৎলাইবু ১১। শেমজিন শাজিনবিরো ১২। হুপী ওই-বীশিংগী মরক্তা থোইদোক হেন্নোক্লবী।

[১]মোমক্ম তাঙচা লুনা মায়খঙপী নঙতি ।। [২]পথোম ভরুক থোম-রো ।। [৩]থো॰সাপা নঙস্থং থোপ্‌সাউরো ।। [৪]লাকশাপা নঙস্থং লাক্‌সারো । [৫]পরয়্‌পা নঙস্থং পরয়রো ।। থাংথোংপা নঙস্থং থাংথোংরো ।। মালেম লয়পি । থোংরাই সেম্‌না ।। ময়াইময়াই পাউথেম্‌হল্‌লাপাতা ।। তুপি ঙাংয়েক চম্না প্যাউহোমথোনকিপু ।। থোপ্‌সাপানা থোপসারে ।। লাক্‌সাপানা লাক্‌সারে ।। পরয়্‌-পানা পরয়্‌রে ।। থাংথোংপানা থাংথোংলে ।। মুকি মুয়ম তাপিনা পথোম ভরুক থোমসিললে ।। [৬]পাকি পায়ম্‌ সক্‌পীনা ।। [৭]পারাক মঙা তালএ ।। মালেম খোঙ্‌রাই সেম্‌না ঙাইথম্‌লাপাতা ।। [৮]খাপী লেংনাউমোনপী ।। খুয়োন ফুয়্‌তিং লৌপীনা ।। মঙপোৎ লুক্তা থোং ।। মচেং কায়রৈ অঙৌপাপু ।। [৯]নাক্‌তা য়েপ্‌না খোমলেন মঙ্‌চঙ্‌খিপাপু ।। তুপি ঙাংয়েক চম্না ।। লাইরেল মকোনমুং ।। তুপি ময়ামুংতা [১০]রাইথুংখিএ ।।৩।। [১১]তমপা পান্‌পা ফাপীনা ।

---

১। চেংলৌ মায়খোঙদা য়েংবদা হেক্তা মীওং মীতৌ খঙলবী নহাক্তি ২। মরোয় লোয়নবা শাগৈ ৬ মকয় চঙশিনলো ৩। মশিল য়েনবশিং নথোয়ম্ব য়েনথোকলো ৪। মাগী মাপী শ্‌গদবা শীনগদবা পূমম্ব শ্‌দোক শীন্দোকলো ৫। অফবা রাথল পুথোক্‌না তাকদবশিংম্ব তাকপিরো। ৬। নিপাগী শাগৈ ফ্‌রুপ মথৈ ৭। নিপা ৫ গী মথৌ পাঙলে। ৮। মাইবী পূময়কী লুচিংবী (মকোক ওইবী লুপীশিংগী লুচিংবী) ৯। নাকন্দা য়েপ্পহ্না ১০। থ্‌ংলরে ১১। শা কৈঙম মুংশি হৈত্রবা রাথল চেন্না পুক্লিং ফত্রবশিংবু লাকশিনবা ঙদী নিংথৌগী মচা ইবেম্মনা।

[১]মপল্ লাইরেল তাউরোইনাইপু পুনেমখিএ।। [২]মরোই অঙাম্পাপু পাউথেমখিএ।। য়োইময়াই তাউতন্পা।। লাইরেল তাউরোইনাই অঙান্পারো।। নপোইরৈ চিন্তুম চিন্।। নরাংঙম মংতুম মংলে।। [৩]থাঙঙা মম্ন-সী।। [৪]থরাল নারল প্যাইরে।। মীনাই ল্মৌতাপ্যা।। সিঙচা রাইকোইপানা।। য়েনলাং খোচৎতারে।। [৫]পোন্পি য়াকাপা।। [৬]সরা হুমথিপানা।। [৭]লোকলৌ কয়ক্মতা [৮]সরা চাক্থোক্তারে।। মচেঙ কায়রৈ অঙৌপানা।। [৯]লোকলৌ কয়্ক্ম্তারে।। য়োইময়াই তাউতন্পা নঙ্পু।। তুপি ময়ান্সুং।। লাইরেল মকোনন্সুংকিপু য়াকারকরো।। নতাইরেম থোপ্সা লাকসাপা।। পরয়্ থাংথোংপানা।। [১০]য়ালেম লয়পি খোঙরাই সেম্না।। [১১]পরয়্ থাংথোং লোইরে।। লোইরেন খুনপিলোক্তাকি য়াকারকও।। [১২]ল্মোইরেন লোকপুংকিপু তেখৎলক্রো।।

---

১। মপাবুং নিংথৌবু খুরুমজখি ২। নিংথৌগী মনাই অঙম অথৌববুস্থ থেমজখি ৩। খুঙ্গং লৈকং কৈরোয় লৈকাই পূম্বা য়ুম্বান খুনবান ঙরদহুনা অমম্বগুরা লৈরহুনা ৪। থরানথাদা তুমিৎ য়ুরাল পাইবগুম হুরান চিনথি য়ায়া কল্লে। ৫। পোন্নংদা লৈবা য়ুমগী উচেক্লা ময়াম শঙ্গ্ ওইনা তিন্দুনা ৬। খুদোং চাবা য়েংহুনা মচিঙ্গাক খিনবশিংনা ৭। চীং মান্দা লোক-তায়দা লৌউ শীংউনবদু ফৎনব্রহুনা ৮। মচিঙ্গাক খিবা চৎনদরে ৯। চীংমান লোক তায়দা লৌকুম-লোকা তৌদরে ১০। লৈবাক্কী অঙম অথৌ ময়াম য়াননা বা তান্নরহুনা ১১। মানা মানা তৌগদবা রাখলগা লোয়নবা থবক্কী থোৌরম শীন্নবা লোইরে। ১২। মোইরাংগী লোইরেন খুন লোকপুং লমদগী লাকপিরো।

[1]লোইনিন্পুংকিপু ভানথৎলকরো ॥ অঙান্পা সনা লম্কোয়-রেন্কিপু ॥ কোয়থৎলকরো হায়না পাউথেম্লাপাকা ॥ [2]থাপী মচিল্ লেং-লেংনা ॥ [3]ঙক্সম্ ভোংতম্ পৈরপ্না ॥ অমাই ময়া-থংকিপু ॥ য়োইময় ই ভাউতন্পা । তুপি মকোন্মুংকিপু ॥ লাইরেল ময়ামুংকিপু ॥ [4]য়াঙ্না লমহৌথৎলক্এ ॥ মতাইরেম পোইরৈ থোপসাপ ॥ রাংঙম শাকসাপ ॥ খুমুং পরয় পানা পরয়-নোং ॥ থাংথোংপানা থাংথোংঙামএ ॥ থাপী লেংমাউমোম্পীনা ॥ খুয়োন ফুয়তিং লৌপীনা ॥ [5]য়েনপা খুরৌ থাং ॥ [6]মকায়রৈ নাক্তা য়েপ্না ॥ পাউথেম্লাপাতা । [7]মচেঙ্ কায়রৈ থোং-মারক্না ॥ [8]অঙান্পাতি লাক্মাকারক্লে ॥ [9]কৌপা চীংমুং সোয়্রক্লে ॥ [10]কায়রৈ থোংমারক্তা ॥ [11]লোইয়া তমলোন ঙাল্লক্লে ॥ য়োইময়া সনা পুরুম্য়েন্না ॥ [12]লোকলৌ সা-ভোন ফুনা ॥ মচেঙ্ থোংমারক্তা ॥

---

১। লোইনিন লমদগী লেঙলকলো ২। য়াথং হীকহাই ওবী নিংথৌগী মচা ইবেম্মগী মচিনবাল থরদং লেঙলহুনা ৩। ঙকশম থল্লিক্তং পৈরপ তোরহুনা ৪। থুনা কায়ক্লে ৫। থোংনবা খুৎলাই (পেনাওবা যন্ত্র) অহু থোংল-থোংলহুনা ৬। থোংনবা খুৎলাইনা মথোন থোক্লকপদা য়েনগী থোন-থাং মাল্লবা অহু নাকন্দা য়েপ্লহুনা ৭। থোংনবা যন্ত্র অহুনা অমুক অমুক থোংলকপদা ৮। নিংথৌ অহু কাথৎলক্লে ৯। অহিং মতম লোইরহুনা অয়ুকী মতম ওইরকপগুম নিংথৌনা মতিক মঙাম্লাইনা লেঙথৎলক্লে ১০। থোংনবা যন্ত্রহুনা হেক থোংবদা ১১। নুমিৎনা চীংয়াদা ঙানবগুম নিং-থৌনা ম ঙাম্লাইনা লেঙথোরক্লে। ১২। য়েনবানা মশা থগ্না থোংবগুম থোংনবহুনা অমুক অমুক ফল্লাক্কুনা।

[1]লয়ম্  লাপ্পা মসোঙ চাউনা ।। হুন্থোক্লক্লে হায়ভাপারা ।।০।। [2]থপা য়োইকৌয়েননা ।। [3]কায়রৈ খোঙপু থীন্না ।। [4]কৈপাল্ মরোং হৌনা ।। মচেঙ কায়রৈ খোংমারক্তা ।। [5]লয়হৌলাপা মঙান্ নাইথংলক্এ ।।০।। [6]অঙৌপা মুমিৎ সনা পুরুময়েননা ।। [7]নাকলু মোইফাং য়েনা ।। [8]সাকল্ তুফাং ফু । মচেঙ নোংতম্ খোননা ।। [9]কায়রৈ সোয়পা চীংখৈ লাউরক্লাপাতা ।। য়োইময়াই তাউতন্পানা [10]অরাং চীংখৈ লয়নাথোঙ্ [11]সতু চীংলাই ঙাল্লক্লাপাতা । নিংথৌ পোংপা ঙরামানা ।। হাউসিঙম্কা চিংনা ।। মালেম লয়্মায়্থক্তা ।। [12]লোইপি চীংপুরোই ।। [13]হেম্পা ভমপু থন্পাকা ।। তাউতন্পা সনা সেনকোয়রেংনা । [14]মুমিৎ মকাইকম্পু য়িনতাল্লক্পাতা পুরুম্ঙামএ ।। অতুনোংকিপু লমমেন হাউরেং চীং ।। হাউরেং কাইনচীংবো তৌনা কৌএ ।।

---

১। মোইয়াং লমদা পাল্লবা নিংথৌনা মতিক মগুণ চাউনা  ২। নিংথৌগী য়াকাইয়োল শকপনা  ৩। থবাই য়াওনা  ৪। পানবা কৈনা শজিং লৈবগুয়া  ৫। কংলাগী নিংথৌনা মঙাল্লাইরকলে  ৬। নিংথৌবু য়াকাইয়োল শকপদা খোংননবা থুংলাইনা  ৭। নাকন্দা য়াল্লহুনা  ৮। য়েনবানা মশা থঙ্গগুম অমুক অমুক কন্দোক কায়থোক্লহুনা  ৯। য়েনবানা নোংঙাল্লমদাইদা খোংবগুম খোংলহুনা  ১০। চীংখৈ মায়কৈ  ১১। চীংমায়দা হৌবা ই নাপী মথক্তা মুমিৎকী মঙাল তাবগুম মতিক মগুণ লৈনা কায়কলে। ১২। চীংগী অথৌবা লুচিংবশিং  ১৩। ভমগী অথৌবা লুচিংবশিংনা পুমথন থম্নবগা  ১৪। নিংথৌগী লৈকম কংলা কোয়ুং য়োনবা লাকপদা।

[১]হেমপা য়োমলোই-হৌ [২]মারেম য়োম্‌তম্‌ পৈনা ।। নোংপোক ভৌরিং লৈমচা ।। থপী সেনকোয়রেং অপান্‌পাপু ।। [৩]মান্‌পি খ্‌তকনানা পুরুমঙাম্‌এ ।। অতুনোংকিপু তাইপিলোক্‌য়ো তৌনা কৌএ ।।৩।।

১। নাহা হুপী অহল লম্মন পুম্বা তিল্লহ্‌না ২। লৈবাক পুম্নমক পৈরহ্‌না ৩। শন্না ক্‌ল্লমদাইদ: থ্‌মাং কোনথবগুম মকোক নোন্নরহ্‌না।

( ৫ )

য়োইময়াই তাউতন্‌পা ।। চারং খোয়পুংসেন্‌পু নোংসাপা মৈনা ।। [১]মুমিৎ য়াংনাকা ।। [২]থপী য়াংনা ঙান্‌লক্‌লাপাতা ।। নিংথৌ পোংপা ভরায়ানা ।। তয়ম্‌ পোইরৈ অমাইপায়ো ।। য়োইময়াই তাউতন্‌পা ।। সনা খোম্‌মাতোন অতোন্‌পাপু ।। [৩]মুমিৎ মমায় মক্‌লক্‌এ ।। [৪]থপী মমায় তাইএ ।। [৫]মুমিৎ মসেকল্‌রুনা ।। [৬]থপী মমায় হেন্‌নাপা ।।

( ৫ )

১। নিংথৌনা কংলারোমদা অহুম অহুম কাথৎলক ২। নিংথৌনা কংলা কায়কপদা অহুম অহুম নকশিন্নরুবদা ৩। নিংথৌগী মমায় মুনা লাংশিনলক্লে ৪। নিংথৌগী মমায় য়েংবদা ঈ থাংলকত্রে ৫। নিংথৌদ্ব মপুক মুংঙাইনবা পুক্নিং শেংননবা ৬। নিংথৌগী মমায় ঙান্নবা ( পুক্নিং শেংননবা )

[১]নুমিৎ মচুপ্ সাপু ।। সাপিকে হায়না পাউগেল্লাপাতা ।। পোইরৈ মমাইপা ।। মতাইরেম [২]কোনতে নাকথংচাতি [৩]সারেন য়েৎলমফম্ [৪]খুয়োল মমাইপা । থিংকোল মোরিণীমাচা । [৫]লাংচেং লাংমাইপা ।। মুংপা পোম্নপা মৈ ।। অমাই কোইচাপ [৬]লাংচেং কোংম্নি সক্পা ।। খুয়োল মরোল সক্পা ।। ম্নাঙপা মরোল ফাউপানা ।। সম্ রোইরম ফম্না ।। য়োইমম্নাই তাউভন্পাপু [৭]পুরুম ম্নিনা সান্তেংপিরে ।। [৮]পুরুম তাইবি-ম্নি ।। [৯]থংচী কোক্পা-ম্নি ।। [১০]চীংম্নাই সানতেং-ম্নি ।। [১১]কুরেক-কুরেক কোকসোক-ম্নি ।। [১২]চেক্লা পোনপি থিক্কারি অমুপানা ।। [১৩]খুৎফাং লয়চেঙ্ ফাম্না হোৎ।। [১৪]লয়ম্ তুংহন্নানা [১৫]নাইচা ম্নিথঙ্খোং ।।

---

১ । নিংথৌগা লৈবাক্কা মানগদবা রাফম্ন ( সদ্ধিবু ) ২ । মতম কুইনা পুনশিরবা মাইবা কোন্দে নাকথংচা ( পাথংবগী মমাংদগীনা তাউথিংমাং ফাওবগী ) ৩ । নিংথৌগী য়েৎ থংবা মায়কৈদা ফম্লহুনা ৪ । খুয়োনগী মাইবা ( মরীং মাইববুনি ) ৫ । ত'ইবংপানবদা থাক্লিবা লাংগী মরম শকপা ৬ । খুয়োলমাইবনা হৌরক-শাংলকপা তৌরকপা বারমদা শৈশকপা ।। ৭ । হুংজেংগী ঈশিংনা ইরু মাইথঙবিরে ৮ । তেংবানবগী মপুবু খুরুমজবদা তাইবং ওইবা ঐথোয়গা নকশিন্নবা মানবা শেংদোক্লব' ঈরীক ঈশেং ওইবা ঈশিং ৯ । কোরৌ অবাংবদদা লৈবা ঈশিং ১০ । চীংঙ্ মথৌজাম্না পীবিবা ঈরু মায়তানবা ঈশিং অশেংবা ১১ । অশেংবা অরূবা তুংহুনা লৈবা ঈশিং ওইবনা কোরেক্ল: কন্দুনা শোক্লবা ঈশিং ১২ । থীগ্রী কৌবা ( বাবা কৌবা ) উঁচেক অমুবনা ১৩ । মথোঙনা লৈচেঙ থোৎপা ১৪ । লৈচেঙ অমুবধু তুংলোমদা থোক্তোকঁথিবা ১৫ । থোক্লকপা ঈশিং ।

[১]কেকে খিনপীস্‌না য়িতম্‌খোং ॥ [২]মোইরাং রানপিস্‌না য়িতম্‌খোং ॥ [৩]কেকে নান্‌পা সানতেঙ য়ি ॥ [৪]রায়খ্‌ খুৎলোঙ-য়ি ॥ [৫]থরাউ লমসং-য়ি ॥ খুমন তিক্‌তা সন্‌মৈপী সন্‌মৈপা ॥ [৬]তিমেন খোকলাং চাকরায়পা ॥ নোংয়াই হাইচুপী হাইচুপা ফানা-য়ি ॥ মমায় অরাং লায়না পাংনা চেন্‌পা-য়ি । [৭]লাইচা য়িরীকলাইসেং-থোইপানা সান্‌তেংপিখিএ ॥ কায়রৈ ময়েন্‌লুম্‌না ॥ য়েন্‌পং ফ য়্‌পঙ্‌ পোকপা ॥ পুংফাই তোনরোঙপা হাপ্‌না ॥ নাপু না-সেন্‌পা ॥ শিদ-নাতাপানা ॥ [৮]সিঙলেন্‌ চীংয়া-থি ॥ [৯]খিংনা তাংনা কাই । [১০]নাথায় নাতাংপানা ॥ য়োইময়াই তাউতন্‌পাপু ॥ সান-তেংপিখিএ ॥ [১১]মুমিৎ মচ্‌প সাপু তমপিরাপাতা ॥ [১২]মুমিৎ মমায় ল্‌রে ॥ নোংপোক লৈমচাত্তি ॥ [১৩]থপী হেন্‌মোইরকলে ॥ [১৪]রাংলেন চারং খোংলে ॥

---

১। মোইরাংগী থিনবীগী মশ্‌না খঙলকপা খোং ২। মোইরাংগী রানবীগী মশ্‌না খঙলকপা খোং ৩। কেগেগী মশা নানবশিংনা ঈরূজনবা ঈশিং ৪। রাইখুগী মথোঙনা মরোঙ মরোঙ লোঙবগুম ঈশিংথোংনা মশা ময়াম লোঙলকপা ঈশিং ৫। থরোই মহি মাল্লবা ঈশিং ৬। টাগী টাখোক পান-বদা ঈশিং হাপ্পবা ৭। অশেংবা ঈশিংনা ঈরুবিরে ৮। চীংয়াদা শাৎপা নিঙথিবা লৈ ময়াম থিদুনা ৯। মীয়াম পুম্বা থবক লেপ্পুনা মতম কাই-রগা তাঙনা থিনরকপা ১০। নাথায় নাতাং কৌবা লৈ (নাপী) ১১। নিংথৌগা লৈবাকা অমদি থ্বাই নোংজেংবগা য়ানরবদা (সন্ধি তৌনরবদা) ১২। নিংথৌহ্ন মপুক্লিংদা চিংনরবদু কোকথরে। ১৩। নিংথৌহ্ন মপুক শেংলকলে ১৪। হৌরবা পুংজাউ থীজে।

[১]পুংসেন্ না কারে ॥ [২]অপান্‌পা নোংশাপা মৈতি ।  [৩]লয়ম্‌লাপ্পা মসোঙচাউ ॥ [৪]লয়হৌ লাপ্পা মঙান্-নাইনা ॥ মসোঙ মঙাল্ নাইনা চাউনা ॥ সুমিৎ খেন্‌কারক্‌লে ॥ অতুনোংকিপু ॥ নিং-সোং মৌপিলোক্‌রো ভৌনা কৌএ ॥ থপী সেন্‌কোয়রেং অপান্-পাতি ॥ সুমিৎ সনা খোম্‌জোন্ অতোন্‌পা ॥ [৫]চারং খোয়পুং সেনজোং সাপা মৈতি ॥ মসাপী তাউহুইরেং অহন্‌পাকী ॥ [৬]বাকৈ মহিলম্‌পু হোনহৌপা ॥ [৭]তোংচেং থমনৌ মচয়থুনপু বাইরৌপ্পা [৮]য়াইথঙ্ মসানম্‌পু হংলৌপা ॥ [৯]তপ্‌তা সনা মঙয়খোমপু ॥ খোমলৌপা মৈ অঙানপা ॥ মসাপী তাউহুইরেং অহন্‌পা ॥ [১০]তুরেল মোংপা খুনলম্ ঙান্ ॥ [১১]লয়কু মাকোইফোং ॥ [১২]সোয়খোঙ পাৎলাই বুনা নোংসাপ্পা মৈতি ॥ সনা খোম্‌মাহনকী [১৩]অঙান্ খোঙপুরোয় ॥ সনা মখোঙখুন ॥

১। পুংশেন থীনবা য়ৈবনা নাকোং য়ৈশিল্লে ২। নিংথৌ ওইবগী মতিক মগুণ লৈবদি ৩। মোইরাংলমদা লৈরুবখু মতিক মগুণ হায়হুনা ৪। কংলৈ লমদা মঙল মতিক উৎলবদা ৫। মতিক মগুণনা থল্লা লৈবা নিংথৌদি ৬। হিনা হিরম মতুংইন্না চুম্না হোলহৌবা ৭। হিরম চুম্না চয়ঙাক থা-হুনা ঈল্লকপা ৮। মাঙফদ্রবা য়াইগী মতৌগুম্বগী বায়ম হংহৌববু ৯। মশাগী অতাবী অচুম্বা মতিক মগুণগী বারীবু ১০। তুরেল তুখুম্না পরিং চুম্না ইহো হোনা লৈবগুম ১১। অয়োনবদা লৈরুবা বায়মবু কোঙবদা ১২। শোয় ফম্বা মীশিংনা শোয়খোঙদা ঙা লৈরে লৈতে অমদি শোয়খোঙ হোয়ে হোদে খঙবগুম নিংথৌনা মীয়াম পুম্বগী অপাম্বা মপ্‌কী বা খঙ-লহুনা ১৩। নিংথৌগা লোয়ননা অকবা বায়ম থল্ল-লৈনবা য়াওবা অঙম্বশিং।

[1]লোনম্নামপাপু লোন্লৌপা ॥ মসাপীকী মুমিৎ সনা মকোয়-লমপু ॥ [2]কোইরৌপা মৈতি ॥ [3]য়োইমম্নাই মুমিৎনা খেনকা-য়কলে ॥ থপী সেনকোয়রেংনা খেনচোংলকলে ॥ [4]লীকলা য়ুন-কোয়মুং ॥ [5]লয়কোয় লয়না মখোমচিল ॥ লীকলেং মানপী লয়হোমপাৎতাকী ॥ [6]কাওয়েন সন্খোঙ্খুনপু লয়্না নোংসা-সিললকএ ॥ [7]ফৌরা য়ুনকোয়স্থং [8]মচেঙ্ লয়না খোম্লক্লে ॥ [9]পোইরৈ মীসন্ লৌকুমতাপা লৌক্মপ্লে ॥ য়াংঙম মীনাই লৌতাতাপাস্থং লৌতারে ॥ মাচেঙ্ কয়কাপানাস্থং লোকলৌ কয়কুমলে ॥ সরা [10]হুমথিপানা পোনপি চাকতারে ॥ [11]মমু লাইতি হিংচাপ ॥ [12]তক্না সিঙলোন চিন্পাপু ॥

---

১। মথল মখেল নাইরবা থবকী থৌরম অমাদবু ২॥ময়াম্থুংনা পুরম্বা থবক থৌরম লৌশিল্লবা নিংথৌদি ৩। নিংথৌ মশামক কারক্লে। ৪। লীক্লানা থজিক থজিক ওইরগা মপুম ওইবগুম ৫। বাথল, লৌশিংপুম্বা থর-থরা লৌশিল্লহুনা ৬! মুমিৎকী মৈশানা মৈবদা শন[খোঙ্গুন্দা লৈবা ঈশিং ফাওবনা থজিক থজিক কংলকপগুম নিংথৌনা থর-থরা ঙানখো-য়কলে ৭। পাক্লা শারম্বা ফৌরানা লোইশিল্লকপদা মপাল খোপ,চিল্লক-পম মুংঙাইনরমদবা চিংনরম্বা পুরমক কোক্লয়ক্লবদা ৮। চিংনবা পুম্বা কোক্লয়কলে। ৯। লৌউ শীংউবা মী পুম্নমকস্থ ১০। খুমু থম্বং কৌরা উচেক্লা উচেক মচা অতৈবু হুমদগুনা চাথোকপগুম মপাঙ্গল লৈবশিংনা তুশোন মানশোনবশিংবু তুহৎপিরম্বা। ১১। ফগুবা হিংচা মাইতদ্রগুম্বা মীওইশিংনা ১২। অথাকপা লৈতনা নৈবিবু।

[১]সুমিৎ নোংসাসৈনা চাক্লক্পে ॥ য়োইমৈ ভাউভন্পা ॥ ভাউরোইনাই অঙানপাতি ॥ [২]লাংলেন সারোঙ পুংমায় ৱা ॥ [৩]খাইচা মিতম্ ৱাকুমপাপু ॥ লুৱাই কে'য়বেন্থক্তা ॥ [৪]মিরেন ভেংনা খাইথরকলে । [৫]থপী লেপ্লো খান্নাবকলে [৬]পোইরৈ কংলৈকোন্ ॥ [৭]সনথোঙ্লোইপু মরীন ফাৎনা । [৮]নোংসারে হায়ভাপারা ॥৩॥

য়োইময়াই ভাউভন্পা অঙান্পাকী ॥ [৯]সুমিৎ মমায় লূরক্পে ॥ [১০]থপী মমায় পান্নারে ॥ [১১]থপা মচূপ সাপু সাপিপা [১২]খুয়োল মমাইপানা ॥ [১৩]মৈনা ৱায় ভাংনা সম্নারোএ ॥ খুয়োল মমাইপা । মোরি পীয়াচা ॥ লাংচেং লাংমাইপা ॥ [১৪]সোয়পাই য়ুমাইপ্যানা ॥ [১৫]য়েৎভরৈ ৱূনা ল্যাইচিংনা ॥ [১৬]ৱোইভরৈ খোয়মা লায়োম সানা ॥

---

১। নিংথৌ পাল্লবদা ভোক্লরক্লে ২। ৱাশক ৱাতেন্নহুনা অনেম অৱাং য়েংনা পূংগী পূংমায়দা লৈতেম মান্নবগুম তেন্নরবা ৱাকম ৩। ৱায়ম মচা খায়না শেংদোক্লয়বা ৱাফমবু ৪। মীওইবা অমগী তৌফম থোকপা থৌ-য়মশিং খায়দোক্লয়ে ৫। নিংথৌনা য়াবদা য়াথং ঙাক্লয়ক্লে ৬। কংলৈ কংলা কোন্নুংগী লম ৭। নোংচুপলোমদা ফত্তবা ঈশিং চেনথবগুম ফত্তবগী ৱাথল শেংদোক্লয়হ্না ৮। লৈঙাকলে ৯। নিংথৌস্থ মথৱাই হুংঙাইয়ে মমায় পাকচয়ে ১০। নিংথৌগী মমায় হেন্না নিঙথিয়ে ১১। লৈবাকা নিং-থৌগা য়ানয়বা ৱাফম ১২। মৈতৈলমদা লৈবা খুয়োনগী মাইকা ১৩। মৈনা যুত্তবগুম মথাঙ মথাঙ লৈনরকলে ১৪। চীংগী লূচিংবা মাইবনা ১৫। উনানা য়েৎওইননা য়োম্লবা উথোঙ ১৬। লক্-লানা ওইওইননা য়োম্লবা মঙংদা শায়হ্না।

[১]য়েপ্‌লি য়েপ্‌থ:-সা ।। [২]পরয়্‌ হোংমা-সা ।। [৩]বু্‌পেং সানভং থায়না ।। [৪]পাকতু য়িভাই সা ।। [৫]য়ুমপী চাউয়া সা ।। [৬]ফুংকা ত্তিক্‌পি ত্তিকপা সা ।। [৭]পুলাং খেলাং সা ।। [৮]মৈরীক মৈরক সানা । [৯]স্‌মায় খেনমায় সাপু ।। মৈমা রায়্‌ ত্তাংনা সম্‌ন-রৌএ হায়ভাপারা ।।০।।

[১০]রাক্‌মানা সুমিৎ অনি চৈচেন্‌পা ।। [১১]থপা ন্সান্‌নংতা-পাপু ত্তেংথাচপানে ।। স্নাংন্নেন কোঙয়াং য়াসালী ।। হংঙোই ভাউকাপ্‌লী । কাচেং ভাংখু ভাংহলনী ।। মারা খোইচু ত্তেন্‌না সামা ।। [১২]য়োংকাপ ত্তেন্‌না চয়্‌পীপা ।। [১৩]ভাউহুইয়েং অহন্‌পা মথুৎনেৎতা । লাংকোই থাসুং থীৎনা ।। [১৪]থিংলো য়াইথাপা ।। [১৫]মরোং চয়্‌চেন্‌পা ।। থৌপী নৈমচা ।। ত্তাউহুইয়েং অহন্‌পাত্তী নৈচহন্‌খিসুনো ।। মসানৌ য়োইময়াই ভাউভন্‌পা ।। চোয়নৌ

---

১। মথল মথেল কয়াগী হৈ-য়ানা য়েপ্রবা ২। মযোম মযোম নাইয়ব: কয়ামা শায়হুনা ৩। উগী বাগী মথল মথেল নাইনা ৪। পাক্লবা মী পূনক্ষম (মাগুব) শায়হুনা ৫। য়ুঘীশিং য়েংবদা অচৌবা ওইনা উহল্ল-হুনা ৬। ফুঙ্গাগুম মৈফম হৌয়হুনা ৭। ঈশিংপুল অথনবনা মফম মফম থেন্দুনা থল্লবা ৮। য়েংবদা মিৎ থক্লবা মৈয়িক্কুম য়েংল্‌ য়েংল্‌ খুদিং নিঙথিয়হুনা ৯। মীয়ায়া নৈবা (পূনবা) য়াবা থেন অমা শাববু ১০ শেয়াংজবা ননাইনা নিংথৌ অনি পানথিবগী ১১। খুদোং থীথিবগী বাবমু শেদমজবনে। ১২। য়োংদা কয়িদদা কাপকদবা ত্তেন্না থাথিবা ১৩। ময়াম্বুংগী শগোল থোঙনেত্তা ১৪। খুদক্তা তন্না য়েথখিবা (নমথ-খিবা) ১৫। চেনখিবদা য়াওথয়বা।

সনা সেনকোয়রেং অপান্পা ॥ লাংলেন চারা ॥ খোয়পুংসেনপু মোংসাপা মৈতি ॥ [১]লেমচেং খোইমিৎ চেন্তাপা । [২]কাচেং থাঙ্হক্ চন্তাপাতি ॥ লাইরেন নঙকী ॥ [৩]য়াবা পুপা হারেপ্- পুংনে ॥ [৪]লাংপন্ তোসঙ্-য়িপু ॥ [৫]লয়না খোম্চিন্পিপা মৈনে ॥ [৬]থাংয়িরেন নানৌ চোংনামৈ ॥ [৭]খুমি রাপি হুন্না মৈ ॥ [৮]নাকলু ফিয়ান্মৈ ॥ [৯]খোয়চি মিতম্ মৈ ॥ [১০]কোলে য় য়িংথোংমৈ ॥ লামলোই খোয়রেন মৈ । লোইমোম পীক মৈ রায়রা সাকু-মৈ ॥ হুয়েল লানকুমৈ । সোয়খোঙ্ [১১]য়য়্ ঙান্না মৈ । য়ানচেং হিথন্-মৈ ॥ [১১]পুনসি লনকু মৈ । য়োইময়াই তাউতন্পাসিংপু হয়িমৈ ॥ য়িমাঙ্কিনা চয়নংকাতাপা মৈনে ॥ লহান্ য়িমাঙ্কী ॥ [১২]লয়নুং অসৈনাপা ॥ [১৩]থাপা লাংথংচা ।

---

১। তীন চাবা বা পাখীনা কজদবহুঙম ওইদবা ২। থাঙনা উ-বা ককপদা থাঙগী থাঙকম শোয়হুনা মহক মহক মথাঙ মথাঙ নাইবহুঙম ওইদবা ৩। মীনা লান্নি চুম্নি তাঙনয়রোইদৌবা শোয়দ্রবনে ৪। লাংবল থাগী তৌ অশংবদা চেনবা মহী অরুবঙমবু ৫। অফবতা ওইহনবিহুনা খোমজিন তাশীনবিবা নিংথৌনি। ৬। থাঙনা শোইদংথয়বদা মপাল মউ নত্রগা মশোয় হুনগৎপিরবা নিংথৌ ৭। অনৌবা থ্মু হুনগৎলরুবা (নানৌ অমুক ওইরবা) নিংথৌ ৮। নিংথৌ ওইরকপগী অশেংবা চাদা নাউদা ওইবা নিংথৌ ৯। অশেংবা চাদা নাউদানা শিয়োয়্ংদা মিহুল লাংবা নিংথৌ ১০। মিংলেন অশেংবা ওইনা থোল্লবা নিংথৌ ॥ পুনশি তোলোইনা মাঙফদবা ওইবা নিংথৌগী চাদা ১২। অয়োনবা বাকমদা শে- থানবা ১৩। থাব শলাইগা ন্তিন্নথিবা

[1]তাউরোই পুংলেনকী। [2]অশৈ পন্‌ম্রাপা ॥ [3]পলেম মমা লয়মুং হয়া লাংপীচা ॥ [4]খমমুং তাংকরু য়িসক্‌পা ॥ [5]তম্‌তু লান-য়াম থাপাপু ॥ [6] সব্রা পনলোন্‌পা ॥ তেৎনৌ নম্‌পাল থন্‌পা ॥ [8]সবুল্‌ থুনাশ্‌ তিংপাপু ॥ [9]পুংলেন লোনয়াপা ॥ [10]লুখুম ফম্‌সক্‌পা ॥ [11]লম্‌লক্‌ তেরান্‌পা ॥ [12]সিরা কোন্‌থা য়াই-থাপা । [13]চক্‌ফি লম্‌হন্‌পা ॥ [14]য়িন্‌লূম লয়পীপা ॥ লাংলেন চানা য়িথাঙ থৌকুম্‌পাপু । [15]কিরিথোই লনথোইপা ॥ মরাক মরীন লেঙপা [16]তরেৎ সেন্‌মা হোঙপাতি ॥ নমৈ য়েংনা য়েংনা হনরাইপা ॥ [17]নোইমু থুমমা হোংলাপাতি ॥ [18]খুৎতা মুনা রোন্‌তেপা ॥ তেৎনৌ য়োৎনা হোঙলাপাতি ॥ লুতা খেৎনা হল্‌রাইপা ॥ চৈরৈ ফিনা হোঙলাপাতি [19]লেংতোন য়ান্‌না রোন্‌তেপা রাকপু ॥ তাউতন্‌পা খোয়রেল থাঙকুম্‌পানা ॥ চয়পী মুংফংতানা তেংথারকপা মৈনে ॥ য়োইময়াই লাইরেন

---

১। ফংলৈ পুংময়োন কৌবা লমদমসিদা ২। শিনথুংনা শৈথানবা ৩। মমা ইবেম্মনা মথারোমদা লোৎলূবগী মচা ৪। মথা লমদম্ব অয়াম্বনা শিঙথানররা ৫। মতিক মথৌনা ফরবা ৬। অবাবা মরোল-মরোলনা থনথরবা ৭। য়োৎনা পয়োল থারবা ৮। লমশাং চৎপদা খুয়াগী শউল তুম-শিনবথু ৯। পুংলেন মরোল য়াম্বা ১০। লূখুমদম্ব শৈশকপা ॥ ১১। লয়কম্ব শৈথানবা ১২। শিরবা মতমদা সনা কোনয়াই লূপা কোনয়াই থারবা ১৩। চৈরৈ ফি অহনবা ১৪। থক্তা কুপ্পীবা ১৫। থোইদোক হেন্দোক্না অথোইবা ওইরবা ১৬। তরেৎশেন্না কোঙবদি ১৭। থূম্না হেংঙলবম্ব ১৮ ইরমসিদা ফংনবা ১৯। লেংজুমগী মতোন্দা ফি য়াম্ববা।

তাউভন্পাভি ॥ হয়েং কৌপা য়িনুংসোয় ॥ সরা তৈমা রোল্-লক্লাপাভা ॥ [1]লাংলোই লাংসুমতোংনা মৈনে ॥ [2]হয়েং লানমৈসাংপু সক্না মৈনে ॥ য়ায়রা সাকু মৈ ॥ [3]লাইরেন নঙ্পু পুন্সি ননকু মৈনে ॥ [4]হারোৎ খুতিং তেক্লাপা মৈনে । লোইতায়্ কুমরোল খুতিংপু ॥ [5]নাউনোমানা ননকুমনো ॥ মোইময়াই তাউভন্পা মথোচানপু ॥ [6]সিংমেন লৈরায়নারোরো ॥ থোতু মুংমু সিভাপা ॥ ওংচা মুঙলেন নাভাপাতুকুম্পাপু পুন-সিহৈয়ে হৈসক্নায়নো । সমলাং তুনিংথো ॥ খিং খিং নরায়-লাংপু । হন্পা সম্পোক থোকনৌরো ॥ য়েনপী য়েননাউ খোং । চাউখোং সলামপীচা মপান্সা ॥ [7]নমা হৈচুম লেপ্পা ॥ [8]মরিম চেঙকৈ লোঙসাপাতুকুম্পাপু । [9]পুনসি মথোই তোংনারোরো ॥ [10]সাপন্ লমমিৎ সিংকুমনা । [11]হয়ঙাং নায়ান-নাই ।

---

১। শা লান থোকখিবা পূম্বু নেমথহনবিবা নিংথৌ ২। তুংদম্ হুয়েন লায়াবদা থৌনা ফখিবগী মতিক মগুনবু শৈথানবা নিংথৌনে ৩। হে নিংথৌ নঙদি পুনশিচুম্নগী থৌজাল্হবা নিংথৌনি ৪। অরোন' অথ্প তোদ্দনা লমহেন তুহেনবশিংবু নমথবা নিংথৌনি ৫। চাদা নাউদা শোয়-দবদা শমথবিহৌও ৬। লৈরাং মথং মথং শাৎহল্লকও ৭। অচুম্বা তৌবী (চৎচবী) নমা ইবেম্মগী মতৌঙম লেপ্পা নিংথৌ ৮। য়ুমথোঙ খুদিং চৌ মরোঙ মরোঙ লোঙনা শাবতুগুম্ববু । ৯। তাইবং পুনশিদা মুংঙাই য়াই-ফবা ওইনহৌও ১০। অতোঙবা শাবনগী লমদা চুমদ্রিং য়েংগুম্ন ১১। অশংবা হয়নারক্তা অঙাঙবা অমুনবা হয়না পানবগুম্বা ।

[১]লুরাই হানফক পাইকুমনা ॥ [২]মপাল ঙৌনা সানৌরো ॥০॥

[৩]পুনসি ম্রিরালনৈ ॥ [৪]অরাং সারু লুতোংলৈ ॥ [৫]চারোল মঙা লোনসিলনৈ ॥ [৬]স্বরোল তরুক তানফংলৈ ॥ পুনসি পুংপু লেমখোং নমায় লাংনা ॥ থাঙম্নি মনাহি ॥ [৭]লোইমোম ফৌমায় চোন্কুমপাপু ॥ পুনসি মাখোই ভোংনহৌরো ॥ ভাউচিং লীহয় চিম্কুম ॥ খমকোল্ চোন্কাপানা ॥ [৮]কাচেং য়োৎকী থাঙ-তিন্কুম । তেৎনৌ য়োৎপান খোংকুমপানা ॥ চোনচোনপা পুংপু ॥ লেমখোং মমায় লাংনা ॥ থোঙলেন অরাং কৌপা । চীংথংলাং পাংপালম্দা রোননা ॥ নভাইরেমনা সৈতম্চরকপনে ॥ হরি হরি হায়না ॥ হয়া লাউনা চিন্সোন্না ॥ [৯]থরায় মিরেল হামপোইপা পুমনামাপু কোনচিম্লম্কে ॥ হরি হরি হয়া হয়ুম হে ॥০॥

---

১। খোবোম মপালনা কোক্থক্তা পাইবগুম্না ২। অশেংবা নিঙথিবা অঙৌবা পূকচেল চেয়রকও। ৩। মীওইবগী পুনসিবু শেম্নবা নৈ ৪। অরাংবা চীংঙ মাগী মফমদগী শিনথরকপা শরু লূ তোংবু ওইবা নৈ ৫। চারোল ৫ ফাওবা মাঙদবা (শেংলবা) নৈ ৬। মশ শরোল ৬ ফাওবা মাঙদবা নৈ ৭। ফৌনা ফৌমায় চোনবগুম ৮। য়োৎলীনা তাবা খোয়রীগুম ৯। থরাই মি হামচৎনথরবশিংবু কোনশিলমগে ॥

লোইরবা